# নীতিপ্রভা



শ্রীঅনন্তবীর শর্ম্মা, ভাগবত রত্নঃ
ব্রহ্মপুর, ইম্ফাল।

[ কোপী - ১০০০ ] [ মূল্য— ১'৫০

মুদ্রাালয় :—ধনেশ্বরী প্রেস, শগোলবন্দ, মৈন্য লরক ইম্ফাল।




# প্রস্তাবনা

নীতিশাস্ত্রবিহীনো যঃ
প্রজ্ঞাবানপি হন্যতে।
পরৈঃ শাস্ত্রবিহীন স্তু
চৌরাদ্যৈরপি বীর্য্যবান্॥ গুরবঃ।

গুরুশিংনা হায়— "মশা কনা কন্দুনস্থ খুৎলাই য়াওদবা মীবু য়েরুবশিংনা ইয়াই-লাইনা মাইথিবা পীবগুম লাইরিক হৈরবস্থ নীতি-শাস্ত্র থংদবা মীদি ইতস্তত্তনা খুদোংথিবা কংই।" ময়ম অসি লৈবদগী নহারোলশিংবু থবক খুদিংদা চাউখৎহল্লিংদুনা প্রামাণিকগ্রন্থশিংদগী মরু-মরু ওইবা পাওতাক কয়া লোজয়গা 'নীতিপ্রভা' কৌবা লাইরিক মচা অসি ইজবনি।

নীতিবাক্যশিং অসিগী লোথোককম লাইরিক্কী মমীংস্থ থংনিং-ঙকপদা খুদোংচানবা অরোইবা লমাইদা ইজরি।

আগ্রব
শ্রী গ্রন্থবীর শর্ম্মা
(উপনাম = চৌথ্রিময়ুম অঙৌবা শর্ম্মা)

ইম্ফাল
৮ এপ্রিল ১৯৪১

# উৎসর্গঃ



শ্রীশ্রীরাধাগোপীনাথয়োঃ প্রেমসেবা-সর্ব্বস্ব
পরমারাধ্য জ্যোতির্ব্বিৎ পণ্ডিতপ্রবর
ভুবনেশ্বরশর্ম্ম তন্ত্রধারস্য পিতু
রমল করকমলয়ো রিয়ং
"নীতিপ্রভা"
পঞ্চ-রস-পুরাণ তমে শকাব্দে
শারদীয় শুভপূর্ণিমায়াং
সবিনয়ং সমর্প্যতে
এতস্তবীরশর্ম্মণা

**********



# সূচী

| বিষয়ঃ | | | পৃষ্ঠা |
|---|---|---|---|
| ১। লক্ষণ নির্দ্দেশঃ | .... | .... | ১ |
| ২। সদসন্নির্দ্দেশঃ | .... | .... | ৯ |
| ৩। ধর্ম্মনির্দ্দেশ: | .... | .... | ১৪ |
| ৪। কৃত্যাকৃত্যনির্দ্দেশঃ | .... | .... | ২৩ |
| ৫। প্রচলিতনির্দ্দেশঃ | .... | ... | ৩২ |
| ৬। ইন্দ্রিয়দমননির্দ্দেশ: | .... | ... | ৪৫ |

[ * চিহ্নিতবাক্য মশ্লোকবদ্ধম্। ]

---

## তেংবাংবিরকপা

"নীতিপ্রভা" লাইরিক অসি লৌখিবা লাপ্পওগী মমাংদা রাজপণ্ডিত এথম্বৌর শর্ম্মা গুরুদেবনা ইবা লোইরবমু খৃষ্টাব্দ ১৯৪২ দা ইহলোক থাদোকখিবনা মতমচানা লাইরিক অসি ফোংবা ঙমদ্রোদে।

১৯৬৭ ইংদা মণিপুর সরকারনা শেলগী তেংবাং পীবিরকপনা ঙসিদি লাইরিক অসি ফোংবা ঙমজরে। মসিগীদমক পুকচেল চাউরবা মণিপুর সরকারগী মফমদা তৌবিমল থংবা উৎচরি।

প্রথমসংস্করণ
মধুশুক্লাদশমী
শকাব্দ ১৮৮৯

প্রকাশক
শ্রীচৌদ্রিময়ুম গোকুলচন্দ্র শর্ম্মা
ব্রহ্মপুর, ইম্ফাল ( মণিপুর )

# নীতিপ্রভা

## বিনয়ঃ

ধ্যানাগম্যঃ সদা ত্বং
সাংসারিকৈ র্ধ্যায়সে বৈ
সর্ব্বস্থো ভাসি বিষ্ণো!
সন্দৃশ্যসে কুত্রচিন্ন।
ব্রহ্মত্বাৎ কর্ম্মহীনো
যাবত্তু বিশ্বং করোষি
কুর্য্যা আশ্চার্য্যভাবঃ
সন্মঙ্গলং ভক্তবৃন্দম্ ॥১॥

---

## নোল্লুকচবা।

হে বিষ্ণু. নহাক অসি রাথলনা লাম্বা ফংবা নত্তে; অত্নবু সংসারগী জীব পূম্নমক্না মতম পূম্নমক্তা নহাক্তবু নিংজরি। নহাক্না মফম পূম্নমক্তা ঙাম্থোইদুনা লৈবিরি; অত্নম ওইনমক উবদি করিগুম্বদম্ম ফংজদে। নহাক অসি ব্রহ্ম ওইবনা কর্ম্মগা মরি লৈনদে (কর্ম্ম তৌদবনি); অদুগা সংসার অসিদি নহাক্না শেম্বিরি অসিগুম্বা অঙকপা মওংনা লৈতেংন্নিবা শ্রীবিষ্ণু নহাক্না ভক্তশিংবু য়াইফ-নুংঙাইবা ওইহনবিয়ু ॥১॥

হরিরসি হর মে ঽঘং ধেহি ধাতাসি নাথ !
বরদ ইতি সুসংজ্ঞাং ধারয় প্রীতিদানৈঃ।
উপদিশ ভবপারং যন্মুকুন্দোঽসি মন্ত্রং
তব পদকমলে মাং কর্ষয় ত্বংহি কৃষ্ণঃ ॥২॥

বীণা পুস্তকধারিণীং মদীয়বুদ্ধিদায়িনীম্।
সজ্জননীং সরস্বতীং বন্দেঽহং হংসবাহিনীম্ ॥৩॥

পুরাণাদি সুশাস্ত্রেভ্যঃ সংগৃহ্য বচনাবলীঃ।
নীতিপ্রভা প্রলিখ্যতে শ্রীঞ্যন্তবীর শর্ম্মণা ॥৪॥

---

হে ইবুংঙো, নহাক হরিনি অদুনা ঐগী পাপপু মাংহনবিয়ু, নহাক ধাতা (বিধাতা) নি, অদুনা ঐবু য়োকপীয়্। অপাম্বা পীনবিদুনা 'বরদ' হায়বা কজবা মীংথোল অসি লৌবিয়ু, সংসার লান্নবা মন্ত্র তাকপীয়্— মরমদি নহাক 'মুকুন্দ' নি। অসিদা নত্তে ভগবন্— নহাক্তি 'কৃষ্ণ' নি, মরম অদুনা নখোং থম্বালদা ঐবু চিংশিনবিয়্।২॥

বীনা অমসুং লাইরিক পাইরিবী, ঐঙোন্দা জ্ঞান পীনবিরিবী কাংঙনা শাদোং ওইবী মতিক মগুণ লৈরবী ইমা সরস্বতীবু ঐনা খুরুমজরি ॥৩॥

শ্রীঞ্যন্তবীর শর্ম্মানা পুরাণনচিংবা অকবা শাস্ত্রশিংদগী বচন কয়া লৌজরগা নীতিপ্রভা ইজৈ ॥৪॥

# নীতিপ্রভা



## লক্ষণ নির্দ্দেশঃ।

বাঙ্মনঃ কায়বস্তুভি র্গুরুশুশ্রূষণে রতঃ।
এতাদৃশগুণোপেতঃ শিষ্যো ভবতি নারদঃ ॥১॥

শিষ্য পৃষ্টমপৃষ্টং বা ব্যাখ্যানং কুরুতে যঃ!
স সদ্গুরুঃ সতাং শ্রেষ্ঠো যোগ্যাযোগ্যে চ যঃ সমঃ ॥২॥

মিত্রমাতা মিত্রভার্য্যা মাতৃতুল্যা ন সংশয়ঃ।
মিত্রভ্রাতা মিত্রপিতা ভ্রাতৃপিতৃসমো নৃণাম্ ॥৩॥

---

## মওং তাকপা।

হে নারদ, পুক্নিং হকচাং ৱাঙাং নল পূম্নমক্না গুরুগী সেবাদা পুক্নিং চংলবা, গুণ চেনবা মহাক অদু শিষ্যনি ॥১

শিষ্যনা হংলবসু হংদ্রবসু শন্দোক্না তাকপীরিবা, মতিক চাবা চাদবা ছাত্র খুদিংদা চপ মান্নবা চৎপীরিবা, মীথোই-মীহেনবা মহাক অদু অফবা গুরুনি ॥২

মরুপকী মমা, মরুপকী মপী = মমাগা মান্নৈ; মসিদা চিংনগদু। মরুপকী মচিন-মনাও অমসুং মরুপকী মপা অদু মী পূম্নমক্কী মচিন মনাও অমসুং মপাগা মান্নৈ ॥৩

যাচকং নাবজানাতি প্রীতিং করোতি সর্ব্বদা।
দদাতি কিঞ্চিৎ স্নেহেন স ধনী পুরুষোত্তমঃ ॥৪॥

মেধাবী ব্রহ্মচারীচ সুস্থঃ ক্লেশপরায়ণঃ।
উদ্যত স্তীব্রসম্বেগী বিদ্যার্থী স ভবেৎ সদা ॥৫॥

ঈষদ্বিকসিতৈ র্গণ্ডৈঃ কটাক্ষৈঃ সৌষ্ঠবান্বিতৈঃ।
অলক্ষিতদ্বিজং ধীর মুত্তমানাং স্মিতং ভবেৎ ॥৬॥

পাত্রেভ্যো দীয়তে নিত্য মনপেক্ষ্য প্রয়োজনম্।
কেবলং— ধর্ম্মবুদ্ধ্যা তু ধর্ম্মদানং তদুচ্যতে ॥৭॥

---

ভিক্ষারীবু লুনা তৌবা, মুংশিনা খরদং ওইরংসু— পীরিবা, এতম পুন্নমক্তা পেন্থোক্লা লৈবা ওম্বা, নিপা মরক্তগী অথোইবা নিপা অদু ইনাকখুনবনি ॥৪

রাথল লৈবা, ময়ুম মকৈ পান্দবা, মশাকবা, অৱাবদা মাই ওনশিনবা ওম্বা, হোৎনবা কনবা, মতম চুপ্পদা অকবদা উইন কনবা মহাক অদুতনা ছাত্র ওইগদবনি ॥৫

চাইরুং খজিক্তং পোংখোক্ল কজবা মীৎচি উতুনা, য়াদি উহন-দনা তপ্না নোকপদু অথোইবা মীশিংগী মীনোক্নি ॥৬

মশাগী কান্নবা য়েংদনা, ধর্ম্মগী রাথল তৌদুনা মতিক চাবা পাত্র (মীশিং) দা শোয়দনা কচ্চন্নিবা অদু ধর্ম্মদান কৌই ॥৭

অনুচিত কর্ম্মারম্ভঃ স্বজনবিরোধো বলীয়সা স্পর্দ্ধা—
প্রমাদজন বিশ্বাসো মৃত্যো দ্বারাণি চত্বারি ॥৮॥ *

পাত্রে ত্যাগী গুণেরাগী ভোগী পরিজনৈঃ সহ।
শাস্ত্রে বোদ্ধা রণে যোদ্ধা পুরুষঃ পঞ্চলক্ষণঃ ॥৯॥

অনেক সংশয়োচ্ছেদি পরোক্ষার্থস্য দর্শনম্।
সর্ব্বস্য লোচনং শাস্ত্রং যস্য নাস্ত্যন্ধ এব সঃ ॥১০॥

মাতৃবৎ পরদারেষু পরদ্রব্যেষু লোষ্ট্রবৎ।
আত্মবৎ সর্ব্বভূতেষু যঃপশ্যতি স পণ্ডিতঃ ॥১১॥

---

মতিক চাদনা থবক তৌবা, মরিমতাশিংগা খৎনবা, অকনবা মীগা শিংনবা, ময়াইকাবা চেকশিন্দবা মীবু থাজবা— মরি অসি মৃত্যু (অশিব) গী থোংনি ॥৮

মতিকচাবা মকমদা থাদোকপা (দান তৌবা) গুণবু পামজবা, মরিমতাশিংগ চামিন-থকমিন্নবা, লাইরিক হৈবা, লালদা থৌবা— মগা অসি নিপা ওইবগী লক্ষণ (মওং) নি ॥৯

চিংনবা পূম্নমকপু কোকহল্লিবা, তুংগী থবক উহনবা, পূম্নমক্কী মীৎ ওইবা লাইরিক্নি, লাইরিক অসিবু খংদবা মীদি মমীৎ তাংবনি ॥১০

অতোপ্পা মুপীবু মমাগুম্না য়েংইবা, মীগী মপোৎপু লৈতুমগুম্না খল্লিবা, জীব পূম্নমকপু মশাগুম্না মুংশিরিবা মহাক অদু পণ্ডিতনি ॥১১

অনভ্যাসে বিষং বিদ্যা অজীর্ণে ভোজনং বিষম্ ।
বিষং গোষ্ঠী দরিদ্রস্য বৃদ্ধস্য তরুণী বিষম্ ॥১২॥

উৎসবে ব্যসনে চৈব দুর্ভিক্ষে রাষ্ট্রবিপ্লবে ।
রাজদ্বারে শ্মশানেচ যঃতিষ্ঠতি স বান্ধবঃ ॥১৩॥

বিভবানুরূপ মাভরণম্ ।
বয়োনুরূপো বেশঃ ॥১৪। *

শালগ্রাম শিলা যেষাং গৃহে বসতি সর্ব্বদা
শাস্ত্রং ভাগবতঞ্চৈব জ্ঞেয়া স্তে বৈষ্ণবা জনাঃ ॥১৫॥

---

হোৎনদ্রবদি মহৈনা হুনি, চাবা তুমদ্রবদি চাখিবা অদু হুনি, লাইরবগী য়ুমদা তিনবা সভা হুনি অমসুং অহল ওইবা মীগী নহা ওইবী নুপী হুনি ।১২॥

হরাও কুম্মৈগী মতমদা, অরাবা তারবা মতমদা, চাক তাংলবা মতমদা, লৈবাক কাঙ্গৈরবা মতমদা, নিংথৌগী থোং (রায়েনশংগী অক্না অপুন ফংঙবদা) অমসুং মোংফমদা (শিব-নাবা য়োৗরবা মতমদা) লেপ্পরিবা মহাক অদু বান্ধবনি ১৩॥

সম্পত্তি (শেল থুম) গী মতিক চনা শিজিন্নবা অদুবু আভরণ (লৈতেং) নি। অদুগা চহি মতাংগী মতুংইন্না শেৎপা অদুবু ফিজেৎনি ॥১৪॥

মখোইগী য়ুমদা শালগ্রাম চক্র অমসুং শ্রীমদ্ভাগবত পুরাণ লৈরিবা; অদুগুম্বা মীশিং অদু বৈষ্ণবনি হায়না খংগদবনি ॥১৫॥

সমস্ত স্মৃতি শাস্ত্রজ্ঞঃ পণ্ডিতোঽথ জিতেন্দ্রিয়ঃ।
শৌর্য্যবীর্য্যগুণোপেতো ধর্ম্মাধ্যক্ষো বিধীয়তে ।।১৬।।

অভ্যর্চ্য বিষ্ণুং ধর্ম্মাত্মা গোব্রাহ্মণহিতে রতঃ।
প্রজাঃ পালয়িতুং শক্তঃ পার্থিবো বিজিতেন্দ্রিয়ঃ ।। ৭।

বেদ বেদান্ত তত্ত্বজ্ঞো জপ হোম পরায়ণঃ।
আশীর্ব্বাদপরো নিত্য মেষ রাজপুরোহিতঃ ।।১৮।।

ন প্রহৃষ্যতি সম্মানৈ র্নাবমানৈঃ প্রকুপ্যতি।
ন ক্রুদ্ধঃ পরুষং ক্রয়া দেতৎসাধোস্তু লক্ষণম্ ।।১৯।।

---

স্মৃতি শাস্ত্র পূম্নমক হৈবা, ইন্দ্রিয় লাকশিনবা ঙম্ব', কম্ভৌবা গুণনা লৈতেংবা, পণ্ডিত ওইবা মী অদুতনা ধর্ম্মাধ্যক্ষ (বিচারপতি) ওইগদবনি ।।১৬।।

বিষ্ণুবু পূজা তৌম্নুনা শন ব্রাহ্মণগী কান্নবদা পুক্নিং চংইবা, প্রজাশিংবু নিংথিনা ঙাকশেনবা ঙম্বা, ইন্দ্রিয়বু লাকশিনবা, ধর্ম্ম চেনবা মহাক অদু নিংথৌনি ।।১৭।

বেদ বেদান্ত হৈবা, জপ হোমদা পুক্নিং চংবা, মীগী য়াইকবা পাম্বা, মহাক অদুতনা রাজপুরোহিতনি ।।১৮।।

ইকাই খুম্নরবদসু হরাওদ্রবা, থওইরকত্রবসু শাওদ্রবা, অদুগা করিগুম্বদসু শাওদুনা অম্নাকপা রা হায়দ্রবা— মসিনা সাধুগী লক্ষণনি ।।১৯।।

বুদ্ধিমান্ মতিমাংশ্চৈব পরচিত্তোপ লক্ষকঃ।
ক্রূরো যথোক্ত বাদী চ এষ দূতো বিধীয়তে ॥২০॥

অকৃতজ্ঞ মনার্য্যঞ্চ দীর্ঘরোষমনার্জবম্ ।
চতুরো বিদ্ধি চণ্ডালা ন্ত্রাত্যাজায়ত পঞ্চমঃ ॥২১॥

শ্রুত্বা স্পৃষ্ট্বা চ দৃষ্ট্বাচ ভুক্ত্বা ঘ্রাত্বাচ যো নরঃ
ন হৃষ্যতি গ্লায়তি বা স বিজ্ঞেয়ো জিতেন্দ্রিয়ঃ ॥২২॥

কন্য দাতান্নদাতা চ জ্ঞানদাতাঽভয়প্রদঃ।
জন্মদো মন্ত্রদো জ্যেষ্ঠভ্রাতা চ পিতরঃস্মৃতাঃ ॥২৩॥

---

লৌশি শিংবা, রাখল লৈবা, মীগী পুক্নিং খংবা, কণ্ডবা (মীনুংশি য়েংদুনা মথৌ থাদোকপা অদুগুম্বা মী নত্তবা) অমসুং অচুম্বা ঙাংবা মী অদুবু দূত ওইহল্লি ২০

ভৌবিমন খংদব, চাউখৎতবা (হৌন-লিচৎ খংদবা) কুইনা শাওবা অমসুং চুমদবা লিচৎ চৎপা মরি অসি চণ্ডালনি খংউ; অদুগা মঙাশুবা চণ্ডালদি জাতিগী মতুং ইন্না ওই ।২১

তারুরগসু শোকউরগসু উরুরগসু চারুরগসু অমসুং মনম নম্মুরগসু হরাওদ্রবা অ দি রাদ্রবা, মী মহাক অদু ইন্দ্রিয় থুদুম চল্লবনি হায়না খংগদবনি ২২

মচানুপী পিবা মী, য়োকপী-থাকপীবা মী, মহৈ তম্বীবা মী, অকীবদগী কনবীবা মী, পোকপীরকপা মী, দীক্ষামন্ত্র পীবিবা মী অমসুং ময়াম্বা অহল মথোই অসি মপানি হায়খ্রে ॥২৩

ন গৃহং গৃহ মিত্যাহুঃ গৃহিনী গৃহ মুচ্যতে।
তয়া হি সহিতঃ সর্ব্বান্ পুরুষার্থান্ সমশ্নুতে ॥২৪॥

বাগেব ব্রহ্মরূপৈব তাং যো মিথ্যাসু বিক্ষিপেৎ।
মিথ্যাবাদী স বিজ্ঞেয়া নারকী পরমো মতঃ ॥২৫॥

কৃত্বা কর্ম্ম যথাদিষ্টং পূর্ব্বকার্য্যাবিরোধি যঃ।
করোত্যভ্যধিকং কৃত্যং তমাহু দূর্ত মুত্তমস্ ॥২৬॥

দাতা প্রতীগ্রহীতা চ শ্রদ্ধা দেয়ঞ্চ ধর্ম্মযুক্।
দেশকালৌ চ দানানা মঙ্গান্যেতানি ষড্ বিদুঃ ॥২৭॥

---

য়ুমবু য়ুম কৌদে, গৃহিণীবু (মুপীবু) য়ুম কৌই। মরমদি নিপানা মহাক্কী মুপীগা লোইননা ধর্ম্ম অর্থ কাম মোক্ষ পুরুষার্থ মথল মরি অসিবু ফংভি (তাল্লি)। ২৪

ৱাহৈ অসিমক ব্রহ্মগী মশক্লি, অদুনা ৱাহৈবু ওইদবদা শিভিন্ন-রিবা মী অদুমক ওইদবা ঙাংলবনি মহাক অদু মহাপাপী-নি হায়না থংগদবনি।২৫

হায়রকপা থবক অদু পাংথোক্লগা, তৌরমইবা থবক অদুগা কায়নদনা অতেপ্পা থবক থরসু তৌরিবা মহাক অদু অথোইবা দূত কৌই। ২৬

পোৎ পীবা মী, পোৎ অদু লৌবা মী, থাজবা, ধর্ম্মগী মসুং চননা কৎকদবা পোৎ, মফম অমসুং মতম তরুক অসি দানগী অঙ্গনি হায়না থংনরি।২৭

কর্ত্তব্য মাচরন্ কাম মকর্ত্তব্য মনাচরন্।
তিষ্ঠতি প্রকৃত্যাচারে যঃ স আর্য্য ইতিস্মৃতঃ ॥২৮॥

আচারো বিনয়ো বিদ্যা প্রতিষ্ঠা তীর্থদর্শনম্।
নিষ্ঠাবৃত্তি স্তপোদানং নবধা কুললক্ষণম্ ॥২৯॥

এতাদৃশোৎকর্ষ বিশেষাত্মক নবধা
গুণবিশিষ্ট বংশ জাতকত্বে সতি
তদ্ধর্ম্মবত্বং কুলীনত্বম্।

---

তৌফম থোকপা থবক অদু তৌরিবা, তৌবা য়াদবা থবক অদু থাদোকইবা; মহোশাগী লিচৎতা লেংদনা লৈরিবা মহাক অদু আর্য্য কৌই ২৮

অফবা লিচৎ, নোল্লুকপা, মহৈ হৈবা, ইকাইখুম্নবা, তীর্থ চৎপা, শাস্ত্রদা থাজবা, অফবা শিনফম (জীবিকা), তপস্যা অমস্টং দান মাপল অসি শাগেগী লক্ষণনি ২৯

অসিগুম্বা অথোইবা গুণ ৯ অসিনা তিনবা শাগৈদা পোক্লগা মশামক্তস্টু গুণ ৯ অসি লৈরবদি অফবা শাগৈদা পোকপা কৌই।

# সদসন্নির্দ্দেশঃ

যে বালভাবান্ন পঠন্তি বিদ্যাং যে যৌবনস্থা হ্যধনা অদারাঃ।
তে শোচনীয়া ইহ - জীবলোকে - মনুষ্যরূপেণ মৃগাশ্চরন্তি ॥১॥

দুর্জনঃ পরিহর্ত্তব্যো— বিদ্যয়ালঙ্কৃতোঽপি সন্।
মণিনা - ভূষিতঃ সর্পঃ কিমসৌ ন ভয়ঙ্করঃ ॥২॥

নীচঃ সর্ষপমাত্রাণি— পরচ্ছিদ্রাণি পশ্যতি।
আত্মনো বিল্বমাত্রাণি—পশ্যন্নপি ন পশ্যতি ॥৩॥

---

# অফ-ফত্তু মীশক উংপা

অঙাং ওইরিঙৈদা লাইরিক তমহৌদ্রবা, মথোক কারকপা— মতমদা শেল অমসুং নুপী লৈত্রবা মথোই অদু সংসার অসিদা অরাবগী মশক্নি; মীগী মশক্তা শা ওইনা চৎলবনি ।।১

মহে হেরবসু ফওবা মীদি থাদোক্কদবনি। মণিনা লৈতে লবা লিল অদু কীদবরা ? ।২

অতোনবা মীনা অতোপ্প মীগী দোষ অদু হঙ্গাম মরুমক্তা চাউরবসু উই। অদুগা মশাগী হরিথাগোকমুক চাউরবা দোষ অদুদি উরবসু উদে ।৩

মুখভঙ্গ: স্বরদীনো গাত্রস্বেদো মহদ্ভয়ম্।
মরণে যানি চিহ্নানি তানি চিহ্নানি যাচকে।৪॥

অবলস্য বলং রাজা বালস্য রুদিতং বলম্।
বলং মূর্খস্য মৌনং হি তস্করস্যানৃতং বলম্॥৫॥

শোকত্রাণং ভয়ত্রাণং - প্রীতিবিশ্বাস ভাজনম্।
কেন রত্নমিদং সৃষ্টং মিত্র মিত্যক্ষরদ্বয়ম্।৬॥

অর্থাতুরাণাং নসুহৃৎ ন বন্ধুঃ কামাতুরাণাং নভয়ং ন লজ্জা।
চিন্তাতুরাণাং নসুখং ন নিদ্রা ক্ষুধাতুরাণাং ন বলং ন তেজ:॥৭॥

---

মাইথোং লাংশিনবা, অতোনবা খোম্থোক, হকচাংদা হুম্মাং শোব, যাম্না কীবা=অসিগুম্বা অশিবদা লৈগদবা খুদমশিং অসি ভিক্কারীদা লোইনমক লৈ। ৪

মপাঙ্গল লৈজদবগী পাঙ্গলদি নিংথৌনি, অঙাংগী পাঙ্গলনা কপ্পনি। অপংবগী পাঙ্গলদি রা ঙাংদবনি, হুরানবগী পাঙ্গলনা ওক্তদবা ঙাংবনি।৫

অরাবদগী কনবিবা, অকীবদগী ঙাকপীবা, অপেনবা অমসুং থাজবগী তু নফম, মিত্র (মরুপ) হায়বা ময়েক অনিনা শাবা মনি অসিবু কনানা শেম্লকইবা ৬

শেলনা রাবা (শেন-তা ওন্দনা লৈরবা) নীশিংগী মরুপ লৈতে, মরিমতা লৈতে; কাম (নুপী-নিপাগী রাখল) না রারবশিংগী অকীবা লৈতে, ইকাইবা লৈতে। চিন্তা (নুংঙাইতবা রাখল) পুবশিংগী নুংঙাইবা লৈতে, তুম্বা লৈতে; — লাম্মবশিংগী পাঙ্গল লৈতে, মঙাল লৈতে ।৭

একেনাপি সুবৃক্ষেণ পুষ্পিতেন সুগন্ধিনা।
বনং সুবাসিতং সর্ব্বং সুপুত্রেণ কুলং যথা ॥৮॥

বিদ্যা নাম নরস্য রূপ মধিকং বিদ্যাতিগুপ্তধনম্
বিদ্যা ভোগকরিঃ জনপ্রিয়করিঃ বিদ্যা গুরূণাং গুরুঃ।
বিদ্যা বন্ধুজনো বিদেশগমনে বিদ্যা পরং দৈবতম্
বিদ্যা রাজসু পুজিতা হি মনুজো বিদ্যা বিহীনঃ পশুঃ।৯।

অধমা ধন মিচ্ছন্তি ধনমানৌ হি মধ্যমাঃ।
উত্তমা মানমিচ্ছন্তি মানো হি মহতাং ধনম্ ॥১০॥

---

মনম সুংশিবা লৈ শাংপা অফবা উ অমত্তনা বন পূম্নমক মনম সুংশিহনবগুম অফবা মচা অমত্তনা শাগৈবু চাউখৎহল্লি ।।৮

মহেনা মীওইবগী অথোইবা মশক্লি, মহেদি অথুপ্পা অয়োনবা লননি, মহেনা সুংঙাই য়াইকবা পূম্বা কংহল্লি, মীশিংগী অপাম্বসু থোকহল্লি, মহেনা গুরুশিংগী গুরুনি। লংকৈ চৎলক্লবদা মহেনা মরুপ্নি, মহেনা অথোইবা লাইনি, নিংথৌশিংগী মফমদসু মহেবু ইকাইখুম্নে, মরম অসিনা মহে হৈতবা মীদি শানি ।৯

অতোনবশিংনা লনবু পামই, ময়াই ওইবা মীশিংনা লনসু ইকাইখুম্নবসু পামই, মীথোই মীহেনবা মীশিংদি ইকাইখুম্নবতবু পামই; ইকাইখুম্নবতনা মতিক মগুণ লৈবশিংগী মরম্নি ।১০

মানো হি মূল মর্থস্য মানে সতি ধনেন কিম্।
ভ্রষ্টমানদর্পস্য কিং ধনেন কিমায়ুষা ॥১১॥

সা স্ত্রী যা ন মদং কুর্য্যাৎ স সুখী তৃষ্ণয়োজ্ঝিতঃ।
তন্মিত্রং যত্র বিশ্বাসঃ পুরুষঃ স জিতেন্দ্রিয়ঃ ॥১২॥

শৌর্য্যে তপসি দানে চ যস্য ন প্রথিতং যশঃ।
বিদ্যায়া মর্থলাভে বা মাতুরুচ্চার এব সঃ ॥১৩॥

গুণদোষানশাস্ত্রজ্ঞঃ কথং বিভজতে জনঃ।
কিমন্ধস্যাধিকারোঽস্তি রূপভেদোপলব্ধিষু ॥১৪॥

---

ইকাইখুম্নবতনা লংগী মরুনি, ইকাইখুম্নববু লৈরবদি লননা কৈদৌননি। ইকাইখুম্নববু লৈত্রবদি (মাংখ্রবদি) লননা করি কান্নগনি অমদি পুন্সিরুবগী করি তোংজবা লৈ? ১১

ময়াই কাদবী নুপী অদু তশেংবা নুপীনি, থৌরাংবা লৈতবা মী অদু থাজ্ঞেশেংনা নুংঙাইবা মীনি। থাজফম ওইরিবা মীশক অদু মরুপ্নি, ইন্দ্রিয় লাকশিনবা ঙম্বা নিপা অদুতনি অশেংবা নিপা হায়বদি।১২

কম্ব্রৌবদা তপস্যাদা দানদা, মহৈদা নত্রগা শেল লৈবদা মমীং চত্র। মচা অদুদি মমাগী অমাংবা (কাইদোকরকপা অমোংপ) নি।১৩

লাইরিক হৈতবা মীনা অফবনি ফত্তবনি হায়বসি করমনা খংগনি! করিগুম্বা পোৎশক অমগী মশক মচু লেপ্পদা মমীৎ তাংবা মীগী শক্তি লৈবরা? ১৪

কাব্য শাস্ত্র বিনোদেন কালো গচ্ছতি ধীমতাম্ ।
ব্যসনেন চ মূর্খাণাং নিদ্রয়া কলহেন বা ॥১৫॥

পিতু রভ্যধিকা মাতা— গর্ভধারণ পোষণাৎ ।
অতো হি ত্রিষু লোকেষু— নাস্তি মাতৃসমো গুরুঃ ॥১৬॥

মাতা শত্রুঃ পিতা বৈরী বালা যেন ন পাঠিতাঃ ।
সভামধ্যে ন শোভন্তে হংসমধ্যে বকা যথা ॥১৭॥

বিপদি ধৈর্য্য মথাভ্যুদয়ে ক্ষমা সদসি বাক্‌পটুতা যুধি বিক্রমঃ ।
যশসি চাভিরুচি র্ব্যসনং শ্রুতৌ প্রকৃতিসিদ্ধমিদং হি মহাত্মনাম্ ॥১৮॥

---

অশিংবা মীশিংনা কাব্যশাস্ত্র নৈ-ডুন নুংঙাইনা মতম লেল্লি । অদুগা অপংবা মীশিংনা নত্তা চিঞ্জাক চাদুনা, তুম্‌দুনা নত্রগা খংনদুনা মতম লেল্লি ।১৫

গর্ভ পুবিবা অমদি য়োকপীবদগী ইমানা ইপাদগী হেল্লি । মরম অসিনা মরোল অহুম্মক্তা ইমাগা মান্নবা গুরু অমা লৈত্রে ॥১৬

মচাবু লাইরিক তম্বিরক্তবা মমা-মপা অদুদি মচাগী য়েক্লবনি । মরমদি— কাংঙ মরক্তা উরোকনা তৌবগুম্না সভা তিল্লক্লবদা মহৈ হৈতবশিংগী ফজবা অমুক লৈত্রে ॥১৭

অৱাবা তারবদা তপথবা, চাউখৎলবদা ঙাকপীহৈবা, (চাউখৎলবনি হায়দুনা মীবু তুহৎপা অমদি থওইদবা তৌদব ) সভাদা ঙাংথোক শকলকপদা হৈশিংবা, লালদা থৌনাকবা, মীংচৎতা পাম্বা, অনুংবেদদা, পুক্লিংচংবা গুণশিং অসি মহাত্মাশিংগীদি মহৌশানা চেন্নজরকপনি ॥১৮

দুর্জ্জনস্য মুখে প্রীতি র্বাচি চন্দনশীততা ।
হৃদয়ে তস্য দুর্বুদ্ধিঃ কুলিশাদপি কর্কশা ॥১৯॥

উর্জ্জিতং সজ্জনং দৃষ্ট্বা— দ্বেষ্টি নীচঃ পুনঃ পুনঃ ।
কবলীকুরুতে খস্থং— বিধুং দিবি বিধুন্তুদঃ ॥২০॥

সত্যবাদী ভবেদ্বক্তা দাতা পরহিতে রতঃ ।
ইন্দ্রিয়াণাং জিতঃ ( জয়ী ) শূরঃ পণ্ডিতা ধর্ম্মচারিণঃ ॥২১॥

---

ফত্তবা মীগী মচিন্দা অপেনবা লৈ, মথোইগী রাঙাংদা চন্দনগী অইংবদু ফাওই ; তোইগুম্বস্নুং থম্মে ইদদি বজ্রদগী হেন্না কনবা ফত্তবা রাখললা থম্না লৈ ॥১৯

অতোনবা মীনা অফবা মীগী চাউথৎলকপা অদু উরগা হন্না হন্না য়েক্লে । রাহুনা আকাশদা থোকইবা থাবু হেক হেক উন্মি ॥২০

অচুম্বা হায়বনা বক্তা ( রাঙাংবা হৈবা মী ) নি, মীগী ফনবা হোংনবনা দাতা ( দান তৌবা ) নি । ইন্দ্রিয় লাকশিনবা ঙম্বা মীনা অথৌবনি অমস্নুং ধর্ম্ম লৈবশিং অদু পণ্ডিতনি ॥২১

---

# ধর্ম্ম নির্দ্দেশঃ।

ন সা সভা যত্র ন সন্তি বৃদ্ধা বৃদ্ধা ন তে যে ন বদন্তি ধর্ম্মম্।
ধর্ম্মঃ স নো যত্র ন সত্য মস্তি নৈতৎ সত্যং যচ্ছলনানুবিদ্ধম্ ॥১॥

হিরণ্যং সর্পিরাদিত্য আপো রাজা তথাষ্টমঃ।
লোকেঽস্মিন্ মঙ্গলান্যষ্টৌ ব্রাহ্মণঃ গৌ হুতাশনঃ ॥২॥

বিপ্রয়ো র্বিপ্রবহ্নোশ্চ দম্পত্যো গুরুশিষ্যয়োঃ।
অন্তঃরণ ন গন্তব্যং হয়স্য বৃষভস্য চ ॥৩।

---

# ধর্ম্ম উৎপা।

অহল য়াওদবা অদু সভা নত্তে, ধর্ম্মবু ঙাংদ্রবশিং অদু অহল নত্তে। অচুম্বা য়াওদবা অদু ধর্ম্ম নত্তে; অদুগা লৌনম য়াওরিবা অদু অচুম্বা নত্তে।১

সনা, ঘী, সুমিৎ, ঈশিং, নিংথৌ, ব্রাহ্মণ, শন অমস্তুং মৈ পোৎলম নিপাল অসি সংসার অসিদা য়াইফনবগী মশক্নি।২

ব্রাহ্মণ অনিগী মরক্তা চৎকদে, ব্রাহ্মণগা মৈগা অনিগী মরক্তসু চৎকদে, মতৈ মনাও অনিগী মরক্তসু চৎফদে, গুরু-শিষ্য অনিগী মরক্তসু চৎকদে, শগোল অমস্তুং শন লাবগী মরক্তসু চৎকদে।৩

অকেশং দুর্ভগং নগ্ন মনপত্যঞ্চ পাপিনম্।
পশ্যন্নশুভ মাপ্নোতি যাত্রায়াং প্রাতরেব বা ।৪॥

সৎসঙ্গশ্চ বিবেকশ্চ নির্মলং নয়নদ্বয়ম্।
যস্য নাস্তি নরঃ সোঽন্ধঃ কথং ন স্যাদমার্গগঃ ।৫॥

দীপ নির্বাপ গন্ধঞ্চ সুহৃদ্বাক্য মরুন্ধতীম্।
নজিঘ্নন্তি ন শৃণ্বন্তি নপশ্যন্তি গতায়ুষঃ ।৬।

শ্রূয়তাং ধর্ম্মসর্ব্বস্বং যদুক্তং গ্রন্থকোটিভিঃ।
পরোপকারঃ পুণ্যায় পাপায় পরপীড়ণম্ ॥৭।

---

শম য়াওদবা, মরাইবক থিবা, মফি য়াওদবা, মচা পোক্তবা অমসুং পাপ চেনবা মীবু যাত্রাগী মতমদা নত্রগা অয়ুক্তা উরবদি ফত্তবা ফংই ।৪

অফবা সঙ্গ অমসুং রাখল অনি অসিনা লুরবা মীং অনি ওইরি। অনি অসি লৈতবা মী অত্নুদি মমীৎ তাংলবনি, করম্না লম্বী লানবা ( অরানবা লিচৎ চৎপা ) ওইরোই ।৫

মপুন্সি লোইরবা মীশিংনা থাওমৈ মুত্থংপগী মনম অদু নমদ্রে, মরুপকী রাবু তাদ্রে অমসুং অরুন্ধতী নক্ষত্রবুসু উবা ফংদ্রে ৬

গ্রন্থ কোটি কয়ানা হায়খ্রবা মরুওইবা ধর্ম্ম অদু তারো। অতোপ্পগী মতেং পাংবনা পুণ্যগী থবক্নি, অদুগা অতোপ্পবু রাহনবনা পাপকী থবক্নি ।৭

গৌরেকং পঞ্চ ব্যাঘ্রী সিংহী সপ্ত প্রসূয়তে।
হিংসকাঃ প্রলয়ং যান্তি ধর্ম্মো রক্ষতি ধার্ম্মিকম্ ।৮।।

মৃতং শরীর মুৎসৃজ্য কাষ্ঠ লোষ্ট্রসমং ক্ষিতৌ।
বিমুখা বান্ধবা যান্তি ধর্ম্মস্ত মনুগচ্ছতি।৯।।

অভিবাদনশীলস্য নিত্যং বৃদ্ধোপসেবিনঃ।
চত্বারি সম্প্রবর্দ্ধন্তে আয়ুর্বিদ্যা যশো বলম্ ।।১০।।

সম মব্রাহ্মণে দানং দ্বিগুণং ব্রহ্মণব্রুবে।
প্রাধীতে শতসহস্র মনন্তং বেদপারগে ।।১১।।

---

শন্না মচা অমতা পোকই, কৈনা মচা মঙা পোকই অমসুং নোংশানা মচা তরেৎ পোকই। হিংসা তৌবা জীব (কৈ, নোংশা) না অমাংবা ফংই; মরমদি ধর্ম্মনা ধর্ম্ম লৈবা জীববু ঙাকপী।৮

শাগৈ নাতৈ, মরিমত শিংনা অশিবা হকচাংবু উতুপ অমদি লৈতুনগুম্বা লৈবাক্তা হুন্দোক্লম্লগ মমাই ওন্দুনা চৎলি; ধর্ম্ম-তনা অশিবা মী অতুগা মতুং ইন্না চৎলি ৯

অহলবু সেবা তৌরিবা অমসুং খুরুম্মিবা মী অতুগী পুন্সি, মহৈ, মিংচৎ অমদি মপাঙ্গল মরি অসি শোয়দন চউখৎলি।১০

ব্রাহ্মণ নত্তবদা দান তৌবদি চপ মান্নে (তৌখিবা দান অতুগী চংদা হেনগু হেন্দ, রাংস্থ রাত্তনা মহৈ ফংই), লাইরিক হৈতবা ব্রাহ্মণদা দান তৌরগা শরুক অনি ফংই। লাইরিক হৈবা ব্রাহ্মণদা দান তৌরগা শরুক লিশিং চামা অমসুং বেদ হৈবা ব্রাহ্মণদনা মপান নাইদবা মহৈ ফংই।১১

নামুত্রে হি সহায়ার্থং পিতা মাতা গচ্ছতি।
ন চ পুত্রো ন চ জ্ঞাতি ধর্ম্মঃ তিষ্ঠতি কেবলম্ ॥ ১২ ॥

ন্যায়গতধনস্তত্ত্বজ্ঞাননিষ্ঠোঽতিথিপ্রিয়ঃ।
শ্রাদ্ধকৃৎ সত্যবাদী চ গৃহস্থোঽপি বিমুচ্যতে ॥ ১৩ ॥

সর্ব্বসাক্ষী হ্যাত্মা
নচ কুট সাক্ষী স্যাৎ ॥ ১৪ ॥ *

রাত্রৌ হি দধিভক্ষঞ্চ শয়নং সন্ধয়োর্দিনে।
রজস্বলাস্ত্রীগমন মেতন্নরককারণম্ ॥ ১৫ ॥

---

পরলোকতা মপা মমানা তেংবাংবা চত্তে। মচাস্থ চৎতে, শাগৈ নাতৈস্ চৎতে, ধর্ম্মতনা লেংদনা লৈরৈ।১২

ধর্ম্ম কায়দনা লন তানবা, অরেপ্পা জ্ঞান লৈবা, অতিথি (চংজরকপা মীবু) লুনা তৌব', পিতৃশিংগী শ্রাদ্ধ শোনবা অমসুং অচুম্বা ঙাংবা মী অদুদি গৃহস্থ (য়ুম পানবা) ওইরবসু মুক্তি ফংই।১৩

আত্মা (ঈশ্বর) তনা পুম্নমক্কী সাক্ষীনি (অউবা অমসুং অধংবনি)। লৌনম্বা (ওইদবা ঙাংবা) সাক্ষী ওইরোইদবনি।১৪

অহিংদা শঙ্গোম অকম্বা চাবা, অয়ুক অমসুং মুমিদাংরাই-রমদা তুম্বা; রজস্বলা (চাখুম চংবা য়াদ্রিবী) ওইবী মুপীগা উনবা পুম্নমক অসি নরক কংনবগী মরম্নি।১৫

পিতা মাতা গুরু র্ভার্য্যা শিষ্যঃ পুত্রঃ সদাক্ষমঃ।
অনাথা ভগিনী কন্যা নিত্যং পোষ্যা গুরুপ্রিয়া ।॥ ১৬॥

সর্ব্ববিঘ্নহরং পুষ্পং নারায়ণনিবেদিতম্।
মূর্দ্ধীদং যস্য দেবেন্দ্র জয়স্তস্যৈব সর্ব্বতঃ ॥ ১৭॥

বিষ্ণো রুচ্ছিষ্টভোজী যো মৎস্যং মাংসং ন খাদতি।
পদে পদেঽশ্বমেধস্য লভতে নিশ্চিতং ফলম্ ॥ ১৮॥

কুষ্মাণ্ডঘাতিকা যা স্ত্রী দীপনির্বাপনঃ পুমান্।
সপ্ত জন্ম ভবেদ্রোগী দরিদ্রো জন্ম জন্মনি ॥১৯॥

গোরোচনঞ্চ কর্পূরং রজতঞ্চ সরোবরম্'
পুষ্পে স্থানং পুষ্পিতঞ্চ দৃষ্ট্বা পুণ্য লভেন্নরঃ ॥২০॥

---

মপা, মমা, গুরু গুরুগী মুপী, শিষ্য, মতিক চান্দ্রিবা মচানুপা, মশাগী মুপী, মরাইবক খিরবী মচন অমসুং মচানুপী মখোই'সি মতম পুম্নমক্তা শোয়দনা য়োক্কদবনি।১৬

নারায়ণদা কৎলুরবা লৈনা য়েখাই থিঙ্গাইবা পুম্বা মাংহল্লি। অদুনা হে দেবেন্দ্র! অসিগুম্বা লৈ অসিবু কোক্তা খেৎচরিবা মী অদুগী মরম খুদিংদা জয় ওই।১৭

বিষ্ণুদা কৎপা প্রসাদী চারিবা অমসুং শা-ঙা চাদবা মী অহনা খোংথাং খুদিংদা অশ্বমেধ যজ্ঞগী ফল অদু শোয়দনা ফংই।১৮

মাইরেন থাইবী মুপী অমসুং থাংমৈ মুৎথৎপা নিপা মপোক তরেৎ ক্তা অমাবা ওই, অমদি মপোক খুদিংদা লাইরবা ওই। ১৯

মীওইবনা গোরোচন, কর্পূর, লুপা, পুখ্রী অমসুং লৈ শাৎলবা লৈকোন উরগা পুণ্য ফংই।২০

দানব্রতং তপো যজ্ঞ শ্রাদ্ধঞ্চ পিতৃতর্পণম্।
সকলং নিষ্ফলং রাজন্ হরিসঙ্কীর্ত্তনং বিনা ॥২১॥

অনিত্যানি শরীরাণি বিভবো নৈব-শাশ্বতঃ।
নিত্যং সন্নিহিতো মৃত্যুঃ কর্ত্তব্যা ধর্ম্মসংগ্রহঃ ॥২২॥

তীর্থে বিবাহে যাত্রায়াং সংগ্রামে দেশবিপ্লবে।
নগর গ্রাম দাহাদৌ স্পৃষ্ট্বা স্পৃষ্টি র্ন দূষ্যতি ॥২৩॥

দীর্ঘকাষ্ঠে শীলাপৃষ্ঠে নৌকায়াং জাহ্নবীজলে।
সভায়াং সত্র-শালায়াং স্পর্শদোষো ন বিদ্যতে ॥২৪॥

---

হে মহারাজ, দান-ব্রত তৌবা, তপস্যা-যজ্ঞ তৌবা, শ্রাদ্ধ অমসুং পিতৃ-তর্পণ তৌবা পুম্নমক অসি হরি সঙ্কীর্ত্তন য়াওদ্রবদি অরেম্বনি, মহৈ য়ান্দে ২১

হকচাংসু অরেপ্প নত্তে, শেল থুম-সন পুম্নমক অরেপ্পা নত্তে। মৃত্যু ( অশিবা কৌবা লাই ) না নাক্তা নকশিল্লক্লে, অদুনা শোম্ন-দনা ধর্ম্ম তাল্লগদবনি।২২

তীর্থদা, লুহোংবদা, যাত্রাদা, লানফমদা, লৈবাক কায়রবদা অমসুং সহর অমদি মৈচাকপনচিংবা থোক্লবদা শোক্না পম্নবা দোষ লৈতে।২৩

অশাংবা উদা, লুংপাক মথক্তা, হিদা, গঙ্গাগী ঈশিংদা, সভা ( ময়াম তিম্নরব ) দা, যজ্ঞশালা অমদি দান তৌফমদা শোক্ন পম্নবগী দোষ লৈতে।২৪

# কৃত্যাকৃত্য নির্দ্দেশঃ

বর্জয়েৎ ক্ষুদ্রসংবাদ মদ্ধৃষ্টস্য হি দর্শনম্।
বিরোধং সহ মিত্রেণ সংপ্রীতিং শত্রুসেবিনা ॥১॥

পরিবাদং পরার্থঞ্চ পরিহাসং পরস্ত্রিয়ম্।
পরবেশ্মনি বাসঞ্চ ন কুর্ব্বীত কদাচন ॥ ২ ॥

ত্যজে দেকং কুলস্যার্থে গ্রামস্যার্থে কুলং ত্যজেৎ।
গ্রামং জনপদস্যার্থে আত্মার্থে পৃথিবীং ত্যজেৎ ॥ ৩ ॥

যস্য যস্য হি যো ভাব স্তস্য তস্য হিতং বদন্।
অনুপ্রবিশ্য মেধাবী ক্ষিপ্র মাত্মবশং নয়েৎ ॥ ৪ ॥

---

# তৌবা য়াবা-য়াদবা তাকপা

অতোনবা মীগা রারীশাবা, ফত্তবা মীগা উনবা, মরুপকা য়েংখিনবা অমস্তুং য়েরুবগী মীচংগা মুংশিনবা (চারবা) থাদোক্কনবনি ১

মীরা ঙাংবা, মীপী মপোৎ পাম্বা, অতোপ্পবু নোরুবা, মীগী মুপী য়েংবা অমস্তুং অতোপ্পগী য়ুমদা লৈবা করিগুম্বদা তোকদে।২

শাগৈগীদমক মী অমবু থাদোক্কনি, খুনগীদমক্তা শাগৈ অমা থাদোক্কনি, দেশগীদমক্তা খুন অমা ফাওবা থাদোকপা য়াই অমা-হিকস্তুং মশাগীদমক্তদি পৃথিবী ফাওবা থাদোক্কনি।৩

জ্ঞানলৈবা মীনা মী মী অতুনা নিংইবা মদুগী মতু ইন্না কান্নবা রা হায়বিদুনা, মতুংইন্না চংলগা থুনমক মী অতুবু মশাগা মথা পোনহলগনি (খুদুম চনগনি) ৪

যস্মিন্ দেশে ন সম্মানং ন প্রীতি র্নচ বান্ধবাঃ।
নচ বিদ্যাগমঃ কশ্চিৎ তংদেশং পরিবর্জ্জয়েৎ ॥ ৫ ॥

আয়ুর্বিত্তং গৃহচ্ছিদ্রং মন্ত্র মৈথুন ভোজনম্
তপোদানঞ্চাপমানং নব গোপ্যানি যত্নতঃ ।।৬।।

শনৈর্বিদ্যা শনৈ রর্থাঃ শনৈঃ পর্ব্বত মারুহেৎ।
শনৈঃ কামঞ্চ ধর্ম্মঞ্চ পঞ্চৈতানি শনৈঃ শনৈঃ ॥৭॥

দুর্জ্জনাঃ শিল্পিনো দাসা দুষ্টাশ্চ পটহাঃ স্ত্রিয়ঃ।
তাড়িতা মার্দ্দবং যান্তি ন তে সৎকারভাজনম্ ॥৮॥

---

লৈবাক অদুদা ইকাই খুম্নবা লৈত্রব', অপেনবা মুংঙাইবসু কংদ্রবা, শংগে নাইত্ত মরিমতাসু লৈত্রবা, মহৈ মশিং তম্নিংঙাইসু লৈতবা, অদুগুম্বা লৈবাক অদুদি থাদোক্কদবনি ৫

পুন্সি, লন, য়ুমগী অহোবা ( ইমুং মনুংদা লৈবা দোষ ) মন্ত্র, মুপী নিপা উনবা, চাব-থকপা, লাই নিংবা, দান অমসুং মাই-থিরকপা— মাপল অসিদি চেকশিন্না লোত্তুনা থমগদবনি হায়বদি হায়দোকফদে ৬

মহৈতম্ব', লন ফানব', চীং কাবা, অপাম্বা ফংনবা হোৎনবা, অমসুং ধর্ম্ম ফানবা মশু অসি তপ্না তপ্না হোৎনগদবনি হায়বদি তক্কিং তক্কিং তৌফদে, চাং নাইনা লেপ্তুনা হোৎনগনি ।৭

ফত্তবা মী, খুৎনাইবা, মীনাই, পু: অমসুং মুপী মখোই অসি ফুরবতদা অথোৎপা অমেংবা অংসুং মখোল মু শিবা ওইরকই। মরম অদুনা মখোই অসি লুনা তৌগদবা (থেমদনা-শৌদনা শিজিন্নগদবা) নত্তে ।৮

রিক্তপাণি র্ন পশ্যেচ্চ শিশুং দেবং গুরুং নৃপম্।
নৈমিত্তিকঞ্চ বৈদ্যঞ্চ ফলেন ফল মাদিশেৎ ॥৯॥

পরাধীনং নকর্ত্তব্যং তরুণী ধন পুস্তকম্।
কৃতঞ্চেল্লভ্যতে দৈবাদ্ ভ্রষ্টাং নষ্টং বিমর্দ্দিতম্ ॥১০॥

দ্বাভ্যা মধ্যয়নং কার্য্যং ত্রিভির্গানং প্রশস্যতে।
বহুভি র্গমনং মার্গে ন দুঃখং সজ্জনৈঃ সহ ॥১১॥

ক্ষণশঃ কণশশ্চৈব বিদ্যামর্থঞ্চ চিন্তয়েৎ।
ক্ষণত্যাগে কুতো বিদ্যা কণত্যাগে কুতো ধনম্ ॥১২॥

---

থুক্তা করিগুম্বা পোৎ অনত্তা য়াওদনা অঙাং লাই গুরু নিংথৌ পাঙ্গী অমসুং মাইববু য়েংফদে (নাক্তা চংফদে), মরমদি ফলনা (উহৈ-রাহৈ অথেনপোৎ ফংলগা) ফলবু (থবকী মহৈ অদু) হায়গদবনি।৯

নহা ওইরিবী মুপী, লন অমসুং লাইরিকপু অতোপ্প মীগী মথা পোন্না (মীথুক্তা) থমফদে। করিগুম্বা থম্মুরগা লাইগী নোংমদগী ফংলকপা তাররম্ব— মুপীনা লিচৎ কায়রে, লননা মমেং তারে (মাংঙে) অমসুং লাইরিক অদুবুনা নৈহৎলক্লে।১০

মহৈ তম্বদা মী অনি তম্মিন্নবা কৈ, ইশৈ শকপদা মী অহুম তিন্নবা কৈ অমসুং লম্বী চৎপদা অকবা মী ময়ামগা চৎমিন্নরবদি অরাবা লৈতে।১১

মিকুপ থুদিংগী মহৈ তানগদবনি, মচেৎ থুদিংগী লন খোমজিনগদবনি। মরমদি মিকুপ (ওহাক ওহাক্কী মতম অদুবু) থাদোক্লবদা করম্না মহৈ হৈগনি, মচেৎ মচেৎ অদু থাদোক্লবদা কদাইদগী লন লাক্কনি? ১২

যস্য ন জ্ঞায়তে শীলং ন জ্ঞাতং নচ সংশ্রয়ঃ।
ন তেন সঙ্গতিং কুর্য্যা দিত্যুবাচ বৃহস্পতিঃ ॥১৩॥

দরিদ্রান্ ভর কৌন্তেয় মা প্রযচ্ছেশ্বরে ধনম্।
ব্যাধিতস্যৌষধং পথ্যং নিরুজস্য কিমৌষধৈঃ ॥১৪॥

স্বভাবেন হরেন্মিত্রং সদ্ভাবেন চ বান্ধবান্।
স্ত্রীভৃত্যান্ প্রেমদানাভ্যাং দাক্ষিণ্যেনেতরং জনম্ ॥১৫॥

প্রিয়মেবাভিধাতব্যং নিত্যং সৎসু দ্বিষৎসু চ।
উদ্বেজয়তি ভূতানি ক্রুরবাগ্ ধনদোঽপি সন্ ॥১৬॥

---

মহাক্নী মরমচৎ মশকস্থ খংদ্রিবা, লৈফমস্থ খংদ্রিবা, মী অদুগা তিন্নবা হৌনদে; অসুম্না বৃহস্পতিনা হায়খরে।১৩

হে যুধিষ্ঠির, লাইরবশিংবু য়োকপীয়্, ইনাকখুনবশিংদা লন পীগনু। মরমদি—হিদাক হায়বসি অনাবা মীগী মকমদতা কান্নবনি; নাদবা মীদদি হিদাক অদু করি তৌনরুগনি? ১৪

ফজবা লিচৎনা মরুপপু, অকবা য়াখলনা মরিমতাশিংবু, প্রেমনা (নুংশিবা উত্তুনা) মুপাবু, মীনাইশিংবুন দান তৌদুনা (পোৎ পীদুনা) অদুগা অতোপ্পা মীশিংবুনা পুকচেল চাউবা উত্তুনা খুদুম চনগদবনি।১৫

মরুপস্থ য়েরুবদস্থ মতম পুম্নমক্তা নুংশিবা ৱা ঙাংগদবনি। মরমদি—ৱাঙাং-ৱাতা থিরবদি শেল থুম পীদনস্থ মীবু পেলহনবা ঙমদে, শাওবদুম হেলহল্লি।১৬

নাত্মচ্ছিদ্রং পরে দদ্যাদ্ বিদ্যাচ্ছিদ্রং পরস্য চ।
গূহেৎ কূর্ম্ম ইবাঙ্গানি পরভাবঞ্চ লক্ষয়েৎ ॥১৭॥

ধন প্রয়োগ কার্য্যেষু তথাবিদ্যাগমেষু চ।
আহারে ব্যবহারে চ ত্যক্তলজ্জঃ সদা ভবেৎ ॥ ১৮ ॥

লালয়েৎ পঞ্চবর্ষাণি দশবর্ষাণি তাড়য়েৎ।
প্রাপ্তে তু ষোড়শে বর্ষে পুত্রং মিত্রবদাচরেৎ ॥ ১৯ ॥

তাবদ্ভয়স্য ভেতব্যং যাবদ্ভয়মনাগতম্।
উৎপন্নেতু ভয়েতীব্রে স্থাতব্যং বৈ হ্যভীতবৎ ॥ ২০॥

---

মশাগী অহাবরু ( অশোইবা থবকপু ) অতোপ্লদা হায়দোক-ক্দে; অতোপ্লগী অহাবরুদি থংগদবনি। থেঙ্গুনা মশা পুন্নমকপু থুপচিম্না লৈবগুর চেকশিন্না লৈরগা অতোপ্লগী রাখল থংনবা হোংনগদবনি।১৭

লন তানবগী থবক্তা, মহৈ তম্বদা, চাগদা অমস্তুং থংনবদা ( রু-থোক্লরবদ ) মতং পূন্নমক্তা ইকাইবা থাদোক্কদবনি।১৮

চহি মঙা কাওবা লুনা তৌগনি, অদুগী মতুং চহি তরা কাওবনা ফু-চৈদুনা রারক্কনি। চহি ১৬ শুরবদি মচা অদুবু মরুপকুম্না হোংনদ্রগনি ১৯

অকীবা অদুনা লাকত্রবা কাওবদি কীক্কম শোকপা অদু য়াম্না কীগদবনি। করিগুম্বা য়াম্না কীরিবা অদুনা থুংডরবদি কীদ-বগুম্না লৈরগদবনি।২০

লোভ প্রমাদ বিশ্বাসৈঃ পুরুষো নশ্যতিত্রিভিঃ।
তস্মাল্লোভো ন কর্ত্তব্যঃ প্রমাদো নো ন বিশ্বসেৎ ।।২১।।

কুভার্য্যাং কুমিত্রঞ্চ কুরাজানং কুপুত্রকম্।
কুকন্যাঞ্চ কুদেশঞ্চ দূরতঃ পরিবর্জয়েৎ ।।২২।।

ঋণ শেষং চাগ্নিশেষং ব্যাধিশেষং তথৈবচ ।
পুনঃ পুনঃ প্রবর্দ্ধন্তে তস্মাৎ শেষং ন কারয়েৎ ।।২৩।।

পরোক্ষে কার্য্যহন্তারং প্রত্যক্ষে প্রিয়বাদিনম্।
বর্জয়েৎ তাদৃশং মিত্রং মায়াময় মরিংতথা । ২৪।।

---

অপাম্বা, ময়াইকাবা, থাজবা, মরম অহুমসিদগী নিপা ওইবনা মাংবনি। মরম অসিনা অপাম্বা থাদোক্কদবনি, ময়াইকাবা তৌ-রোইদবনি অমসুং থাজরোইদবনি।২১

ফত্তবা মুপীবু,ফত্তবা মরুপ্পু, ফত্তবা নিংথৌবু, ফত্তবা মচানিপাবু, ফত্তবী মচানুপীবু অমসুং ফত্তবা লৈবাকপু লাপ্পা থাদোক্কদবনি ।২২

লম্মন মথাক, মৈ মথাক অমসুং লাইথুং মথাক মথোইসি হন্না হন্না চাউখৎলকই; মরম অসিনা মথোইগী মথাক থম্মোই-দবনি ;২৩

তুংদা (উদবা মতমদনা) থবক মাংহনবা, মাংদা (উবা মতমদনা) নুংশিবা ৱা ঙাংবা, অদুগুম্বা মরুপ অদু লৌনম্বা য়েক্নবনি, মরম অদুনা মহাকপু থাদোক্কদবনি ;২৪

অনায়কে ন বস্তব্যং ন চৈব বহুনায়কে।
স্ত্রীনায়কে ন বস্তব্যং ন চৈব বালনায়কে ।২৫॥

লালনে বহবো দোষা স্তাড়নে বহবো গুণাঃ।
তস্মাৎ শিষ্যঞ্চ পুত্রঞ্চ তাড়য়েৎ নতু লালয়েৎ ॥২৬॥

কৃতে প্রতিকৃতং কুর্য্যাৎ হিংসিতে প্রতিহিংসিতম্।
ন তত্র দোষং পশ্যামি দুষ্টে দোষং সমাচরেৎ ॥২৭॥

সদ্ভি বাসীত সততং সদ্ভিঃ কুর্ব্বীত সঙ্গতিম্।
সদ্ভি র্বিবাদং মৈত্রীঞ্চ নাসদ্ভিঃ কিঞ্চিদাচরেৎ ॥২৮॥

---

মকোক নাইদবা (লুচিংবা লৈতবা) মফমদা লৈফদে, মকোক ওইবা মী য়াম্মবস্মু লৈফদে। নুপীনা মকোক ওইবদস্মু লৈফদে অমস্মুং অঙাংনা মকোক ওইবদস্মু লৈফদে।২৫

লুনা তৌবদা দোষ (ফত্তবা) য়াম্না লৈ; ফু-চৈবদা গুণ (অফবা) য়াম্না লৈ। মরম অসিদগী শিষ্য (ছাত্র) অমস্মুং মচাবু ফু-চৈগদবনি, লুনা তৌরোইদবনি।২৬

কনাগুম্বনা তৌরকইবা থবক অদুগী মতিক চাবা থবক তৌগদবনি, হিংসা তৌরক্লবদি মদুগী মতুংইন্না হিংসানা লম্মন খুমগনি। মদুদা দোষ লৈ হায়না ঐনা উদে, ফত্তবদা ফত্তবা লিচৎ চৎকনি।২৭

মতম পুম্নমক্তা অফবা মীশিংগা লোইননা লৈগদবনি, অফবা মীশিংগা তিম্নগনি। অফবা মীশিংগা থৎনগনি নত্রগা মরুপ ওইগনি; ফত্তবা মীশিংগদি করিগুম্বা অমত্তা তৌফদে।২৮

জানীয়াৎ প্রেষণে ভৃত্যান্ বান্ধবান্ ব্যসনাগমে।
মিত্র মাপদি কালে চ ভার্য্যাঞ্চ বিভবক্ষয়ে ॥২৯॥

নাপৃষ্টঃ কস্যচিদ্ ব্রুয়া ন্নগান্যায়েন পৃচ্ছতঃ।
জানন্নপি হি মেধাবী জড়বল্লোক আচরেৎ ॥৩০॥

বিষাদপ্য মৃতং গ্রাহ্যং বালাদপি সুভাষিতম্।
অমিত্রাদপি সদ্বৃত্তং অমেধ্যাদপি কাঞ্চনম্ ॥৩১॥

শ্রদ্দধানঃ শুভাং বিদ্যা মাদদীতা বরাদপি।
অন্ত্যাদপি পরং ধর্ম্ম স্ত্রীরত্নং দুষ্কুলাদপি ॥৩২॥

অনারোগ্য মনায়ুষ্য মস্বর্গ্যঞ্চাতিভোজনম্।
অপুণ্যং লোকবিদ্বিষ্ট' তস্মাত্তৎ পরিবর্জ্জয়েৎ ॥৩৩।

---

থোদারবা মতমদা মীনাইশিংবু মশক খংগদবনি; অর্-অনা তারবা মতমদা মরিমতা অমসুং মরুপ মশক খংগদবনি, লাইররবা মতমদা নুপী মশক খংগদবনি।২৯

হংউক্তনা কনাদসু রা হায়রোইদবনি, লাননা (মরম চাদনা) হ লৈবসু পাওথুম পীরোইদবনি। [মতম অদুদা] অশিংবা মীনা খংউবসু অপংবগুম্না লৈগদবনি।৩০

হদগীসু অমৃত লৌপনি, অঙাংদগীসু ফজবা ৱাঙাং লৌগনি। য়েরুবদগীসু ফজবা লিচৎ লৌগনি, থি-দগীসু সনা লৌথৎকনি ৩১

থাজবা নিপানা অতোনবা মীদগীসু অফবা বিদ্যা লোগদবনি। অদুগা হন্থবা মকমদগীসু অফবা ধর্ম্ম লৌগদবনি অমসুং ফত্তবা শাগৈদগীসু অফবা নুপী-লৌগদবনি।৩২

য়াম্না চারবদি নাগল্লি, পুক্নি তেল্লি, পুণ্য কংদে অদুনা স্বর্গ কাবা ঙমদে, মী পুম্নমকসু য়েক্লে। মরম অসিনা য়াম্না চাবা হায়বসি থাদোকদবনি।৩৩

মাত্রা স্বস্রা দুহিত্রা বা ন বিবিক্তাসনো বসেৎ।
বলবা নিন্দ্রিয়গ্রামো বিদ্বাংস মপিকর্ষতি ॥৩৪॥

মরণং বিন্দুপাতেন জীবনং বিন্দুধারণাৎ।
তস্মাদতিপ্রযত্নেন কুরুত বিন্দুধারণম্ ॥৩৫॥

মূর্খেষু মূর্খ ৎ কথায়েৎ।
আয়সৈ রায়স শ্ছেদ্যঃ ।৩৬। *

পরগৃহ মকারণতো ন প্রবিশেৎ।
আশাপরো নিলর্জ্জো ভবতি ৩৭ *

---

মমাগা ওইরবসু মচনমুপীগা ওইরবসু নত্রগা মচানুপীগা ওইরবসু অচিকপা মফাদা ফমমিন্নবা য়াদে। মরমদি— ইন্দ্রিয়শিং অসি য়াম্না মপাঙ্গল কল্লি, পণ্ডিত ফাওবা চিংশিনবা ঙমই ।৩৪

বীর্য্য থাদোক্লগা শি, বীর্য্য য়োক্লগা (পুরগ) হিংই। মরম অসিদগী য়াম্না চেকশিন্না বীর্য্যবু য়োক্নুনা থম্মু ৩৫

অপংবা মীশিংদদি অপংবা মীগুম্না বা ঙাংগনি। য়োৎনা য়োৎপু ককথৎকদবনি ।৩৬

মরম লৈত্রবদি মীগী য়ুমদ চংবা হৌনদে। অপাম্বনা থুহ্রুম চন্নবা মী অদু ইকাই থংদবা ওইরকই ৩৭

নীচেষু বিশ্বাসো ন কর্ত্তব্যঃ।
সুপূজিতোঽপি বাধতে দুর্জনঃ।৩৮॥ *

শত্রুং ন নিন্দেৎ সভায়াম্।
জীহ্বায়ত্তৌ বৃদ্ধিবিনাশৌ।৩৯॥ *

নদীনাঞ্চ নখিনাঞ্চ শৃঙ্গিণাং শস্ত্রধারিণাম্।
বিশ্বাসো নৈব কর্ত্তব্যঃ স্ত্রীষু রাজকুলেষু চ ৪০॥

শাস্ত্রপ্রধানা লোকবৃত্তিঃ।
শাস্ত্রাভাবে শিষ্টাচার মনুগচ্ছেৎ ॥৪১।

---

অতোনবশিংবু থাজরোইদবনি। লুনা তৌরবসু কল্লবা মীনা অরাবা অদুম পীরকই ( অপনবা পীরকই ) ৩৮

সভাদা য়েক্লবু খিনা হায়কদে। চাউখৎপা-অমাংবা অনি অসি লৈয়েংগী মথা পোল্লি।৩৯

তুরেলশিংবু, খুজিল পানবশিংবু ( খুজিলনা খুৎলাই ওইবা কৈনচিংবশিংবু ) মচিপানবশিংবু (শনচিংবু), খুৎলাই পাইবশিংবু থাজবা য়াদে, নুপীশিংবুসু থাজবা য়াদে, নিংথৌমচাশিংবুসু থাজবা য়াদে।৪০

সংসারগী চৎনবী অসি শাস্ত্রনা মরু ওই। শাস্ত্র লৈত্রগা (শাস্ত্রগী বচন কাদ্রগা) অহল কম্নশিংনা চৎনরকপা অদুগী মতুং ইন্না চৎকনি।৪১

ষড় দোষাঃ পুরুষেণেহ হাতব্যা ভূতি মিচ্ছতা।
নিদ্রা, তন্দ্রা, ভয়ং ক্রোধ আলস্যং দীর্ঘসূত্রতা ॥৪২॥

ষড়েব তু গুণাঃ পুংসাং ন হাতব্যাঃ কদাচন।
সত্যং দান মনালস্য মনসূয়া ক্ষমা ধৃতিঃ ॥৪৩॥

দ্বে বিদ্যে বেদিতব্যে হি শব্দব্রহ্ম পরঞ্চ যৎ।
শব্দব্রহ্মণি নিষ্ণাতঃ পরং ব্রহ্মাধিগচ্ছতি ॥ ৪৪ ॥

শ্বঃ কার্য্যমদ্য কর্ত্তব্যং পূর্ব্বাহ্নে চাপরাহ্নিকম্
ন হি প্রতীক্ষতে মৃত্যুঃ কৃতমস্য নবা কৃতম্ ॥৪৫॥

---

চাউখৎপা পাম্বা মিপাম্না দোষ তরুক অসি থাদোক্কদবনি। মদুদি—ভুম্ব (কুইনা ভুম্ব), উংবা অকীবা, অশাওবা, অতনবা অমস্তুং হোইশাংনব (খুজিক তৌগদবদু হয়েং তৌগে লৈগোকপ)।৪২

কনিংগুম্বদস্ত নিপাশিংনা গুণ তরুক অসি থাদোকওইদবনি। মদুদি—অচুম্বা, দান, তন্দবা, থংনবা চাউদবা, ওাকপীহৈবা অমস্তুং তপথনা ৪৩

বিদ্যা অনি অসি খংগদবনি—; মদুদি—শব্দব্রহ্ম অমস্তুং পর-ব্রহ্ম। শব্দব্রহ্মদা হৈরবা মী অদুনা পরব্রহ্মবু খংবা ঙমই ।৪৪

হয়েং তৌগদবা অদু ঙসি তৌগদবনি, মুমদা রাইরমগী থবক অদু অয়ুক্তা তৌগনি। মরমদি—অশিবনা (মৃত্যুনা) মাগী থবক অসি লোইরে লোইদ্রি হায়বা য়েংদুনা ঙাইবা তৌদে ৪৫

গুণিনাং পূজনং কুর্য্যান্ নির্গুনানাঞ্চ শাসনম্ ।
কথিতাঃ সততং রাজন্ রাজান শ্চারচক্ষুষঃ ॥ ৪৬ ॥

সাম্না দানেন ভেদেন সমস্তৈরথবা পৃথক্ ।
বিজেতুং প্রযতেতারীন্ ন যুদ্ধেন কদাচন ॥ ৪৭ ॥

---

গুণ লৈবশিংবু পূজা তোগদবনি, মগুন লৈতবশিংবুনা লাকশিনগদবনি । হে মহারাজ ! নিংথৌশিংদি চারচক্ষুঃ নি গুপ্তচর-না মীৎ ওইবনি—অরোনব পাও লোবা মীশিংগী মতেংনা পুম্নক খংবনি ) হায়না ইতৎতগুনা হায়খ্রে ।৪৬

সাম-দান-ভেদ-নীতি অহুম অসি পুন্না ·ত্রগা তোঙান তোঙন্না শিজিন্নদুনা য়েক্রবশিংবু জয় তৌনবা হোৎনগদবনি, লালদি করিগুম্বদা তৌরোইদবনি ।৪৭

---

## প্রচলিত নির্দ্দেশঃ

নাস্তি বিদ্যাসমং চক্ষু র্নাস্তি সত্যসমং তপঃ ।
নাস্তি রোগসমং দুঃখং নাস্তি ত্যাগসমং সুখম্ ॥১॥

---

## চৎনবী উৎপা

মহৈগা মান্নবা মীৎ অমা লৈতে, অচুম্বগা মান্নবা তপস্যা ( লাইনিং ) অমা লৈতে। অনাবগা মান্নবা অৱাবা অমা লৈতে, থাদোকপগা মান্নবা নুংঙাইবা অমা লৈতে।১

নচ ব্যাধিসমঃ শত্রু নচ দৈবাৎ পরং বলম্।
ন চাপত্যসমঃ স্নেহো নাহঙ্কারাৎ পরো রিপুঃ ॥২॥

চিতা চিন্তা দ্বয়ো র্মধ্যে চিন্তা নাম গরীয়সী।
চিতা দহতি নির্জীবং চিন্তা প্রাণৈঃ সমং বপুঃ ॥৩॥

অন্নেন ধার্য্যতে সর্ব্বং জগদেতচ্চরাচরম্!
অন্নদানাৎ পরং দানং ন ভূতং ন ভবিষ্যতি ॥৪॥

দুর্জ্জনঃ প্রিয়বাদী চ নৈতদ্বিশ্বাস কারণম্।
মধু তিষ্ঠতি জিহ্বাগ্রে হৃদয়ে তু হলাহলম্ ॥৫॥

---

লৈনাগা (অনাবগা) মান্নবা য়েক্লবা অমা লৈতে, লাইগী নোংদম্দগী হেনবা অকনবা অমা লৈতে মচাগা মান্নবা মু'শিবা অমা লৈতে, নাপলদগী হেনবা য়েক্লবা অমা লৈতে ২

চিতা (অশিবা মৈথানবা শিং) অমসুং চিন্তা (অরাবা রাথল) অনিগী মরক্তা চিন্তানা হেল্লি চিতান থরাই য়াত্তদ্রবা অশিববু চাকপনি. চিন্তাদি থরাইগা লোইননা হকচাংবু চাকপনি ৩

চিঙ্গাক্লা অচৎ-চত্তা জগৎ পূম্নমক অ'সবু য়োকইবনি। মরম অসিনা অন্নদান ( চাক পীজবা )দগী হেনবা দান অমা লৈগিদ্রি; লৈস্ত্র লৈররোই।৪

ফত্তবা মীবু অমসুং থোৎনা নোনা মু'শিনা রা ঙাংবা মাবু থাজবা য়াদে। মখোইগী লৈয়েংদা থোইদ্না লৈ তোইগুম্বসুং থম্মোইদদি ৫

বিদেশেষু ধনং বিদ্যা ব্যসনেষু ধনং মতিঃ।
পরলোকে ধনং ধর্ম্মঃ শীলং সর্ব্বত্র বৈ ধনম্ ॥৬॥

ন সংশয় মনারুহ্য নরো ভদ্রাণি পশ্যতি।
বরং হি মানিনো মৃত্যুঃ ন দৈন্যং স্বজনাগ্রতঃ ॥৭॥

বাণিজ্যে বসতি লক্ষ্মী স্তদর্দ্ধং কৃষিকর্ম্মণি।
তদর্দ্ধং রাজসেবায়াং ভিক্ষায়াং নৈব নৈব ॥৮॥

জাতিমাত্রেণ কিং কশ্চিৎ হন্যতে পূজ্যতে ক্বচিৎ।
ব্যবহারং পরিজ্ঞায় বধ্যঃ পূজ্যোহথবা ভবেৎ ॥৯॥

মীরৈবাক্ত মহৈনা লম্লি, অরাবা তারবদা লৌশিংনা লম্লি। পরলোকতা (শিরবা মতমদা) ধর্ম্মনা লম্লি, অমহিকসুং লিচত্তি মকম পূম্নমক্তা লন ওই।৬

মীওইবনা চিংনবা মকম য়ৌরুদ্রিবমথৈ মঙ্গল উদে (মপুং ফানা চাউথৎপ ঙমদে) সন্মান লৈবা ইকাইখুম্নবা মীগীদি মরী মতাশিংগী মকমদা তোম্না লেবদগীদি শিবনা হেন্না কৈ।৭

লোনবদা লক্ষ্মী লৈ, মদুগী তংখাই অমা লৌউবদা লৈ, মদুগী তংখাই অমনা নিংথোগী সেবাদা লৈ। অদুগা ভিক্ষাদদি লক্ষ্মী শুরৈ লৈতে ৮

কনাগুম্বা মী অমবু করিগুম্বদা মাগী জাতি অদু য়েংদুনা হাৎকম থোকপরা নত্রগা পূজা তৌকম থোকপরা ? মহক্কী লিচৎ থংলগা হাৎকদবনি নত্রগা পূজা তৌগদবনি।৯

যৌবনং ধনসম্পত্তিঃ প্রভুত্ব মবিবেকিতা।
একৈক মপ্যনর্থায় কিমুত তত্র চতুষ্টয়ম্ ॥১০॥

বিহিতস্যা নমুষ্ঠানান্ নিন্দিতস্য চ সেবনাৎ।
অনিগ্রহাচ্চেন্দ্রিয়াণাং নরঃ পতন মৃচ্ছতি ॥১১।

হিতবাক্য প্রয়োক্তুশ্চ দাতুঃ পরোপকারিণঃ।
সাধো র্বালস্য জগতি রিপু র্নৈব প্রদৃশ্যতে। ১২॥

উপার্জ্জিতানাং বিত্তানাং ত্যাগ এব রক্ষণম্।
ন তস্য সর্ব্বভূতেভ্যো ভয় মুৎপদ্যতে কচিৎ ॥১৩॥

মথোক কারকপা, ইনাকথুনবা, অচৌগা ক্ষম ক্ষংব, রাগল নৈতবা মরি অসিগী মপুংদা অমতং নৈবদা মাংনবগী মশকনি; মরি অসিনা পুন্না লৈখ্রবদি করি অমুক হায়রুরনি।১০

শাস্ত্রনা তাকপা থবক তৌদবদগী অমদি শাস্ত্রনা য়াদবা থবক তৌবদগী অমসুং ইন্দ্রিয়শিং লাকশিন্দবদগী মাওইবনা লৈথা তাই ১১

কাম্নবা রা ঙাংবা মীগী, দান তৌবা মীগী, অতোপ্পগী তেং-বাঙ্গনবা মীগী, অফবা মীগী অমসুং অঙাংগী য়েক্লবা সংসার অসিদা উবা ফংদে।১২

থাদোকপ (দান তৌব) তনা তানশিনলুবা লনশিংবু ঙাকপনি। দান তৌরিবা মী অদুনা করিগুম্বদা জীবশিংগী অকীবা ফংদে।১৩

দানেন দ্বিষন্তো মিত্রাণি ভবন্তি।
তস্মাদ্দানং পরমং বদন্তি ॥ ১৪ ॥ *

অজাযুদ্ধে ঋষিশ্রাদ্ধে প্রভাতে মেঘডম্বরে।
দম্পত্যোঃ কলহে চৈব বহ্বারম্ভে লঘুক্রিয়া ॥ ১৫ ॥

কন্যা বরয়তে রূপং মাতা বিত্তং পিতা শ্রুতম্।
বান্ধবাঃ কুল মিচ্ছন্তি মিষ্টান্ন মিতরে জনাঃ ॥ ১৬ ॥

ন চৌরহার্য্যং নচ রাজহার্য্যং ন ভ্রাতৃভাজ্যং নচ ভারতুল্যম্।
ব্যয়েহপি বৃদ্ধি মুপৈতি নিত্যং বিদ্যাধনং তৎ পরমং ধনেষু ॥ ১৭ ॥

---

দান তৌরবদি য়েক্লবশিংস্ম মরুপ ওইরকই। মরম অসিদগী দানবু থ্বাইদগী অথোইবনি হায়নরি।১৪

হামেং ব্রাইনবা, ঋষিশিংনা শোনবা শোরাৎ, অয়ুক্পা হৌ-রকপা নোং অমম্পুং মতৈ মনাও খংনবা মখোই অসি অহানবদদি য়াম্ন চাউনা হৌরগ মমৈদদি পীশক পীকনা লোই।১৫

কন্যানা মশক কজবা বর পামই, মমানা ইনাকখুনবা, মপানা লাইরিক হৈব, শাগৈ-নাতৈশিংনা শাগৈ অফবদা পোকপা বর পামই তোইগুম্মসুং অতোপ্পা মীশিংদি অহাও অথুম চাবতা পামই।১৬

চৈহিদি হুরানবনা হুবা য়াদে, নিংথৌনা লৌবস্নু ঙমদে, মচিন মনাওনা য়েন্নবস্নু য়াদে, পুবদ লুম্বস্নু নস্তে। পীথোক পীথোক্লগা চাউখংলকপা মহৈনি, মরম অসিনা লন পুম্নমক্কী মমুংদা মহৈ হায়বা লন অসিনা মহেন্নে।১৭

বিদ্যা দদাতি বিনয়ং বিনয়াদ্ যাতি পাত্রতাম্ ।
পাত্রত্বাদ্ ধন মাপ্নোতি ধনাদ্ধর্ম্ম স্ততঃ সুখম্ ॥ ১৮ ॥

বিদ্যা নাম নরস্য রূপ মধিকং প্রচ্ছন্ন গুপ্ত ধনম্
বিদ্যাভোগকরী যশঃ শুভকরী বিদ্যা গুরূণাং গুরুঃ ।
বিদ্যা বন্ধুজনো বিদেশগমনে বিদ্যা পরং দৈবতং
বিদ্যা রাজসু পূজ্যতে ন ধনং বিদ্যাবিহীনঃ পশুঃ ॥ ১৯ ॥

মাতেব রক্ষতি পিতেব হিতে নিযুঙ্ক্তে
ভার্য্যেব চাভিরময়ত্য পনীয় খেদম্ ।
কীর্ত্তিঞ্চ দিক্ষু বিতনোতি করোতি বিত্তং
কিংকিং ন সাধযতি কল্পলতেব বিদ্যা ॥ ২০ ॥

---

মহৈ হৈরদি নেমলুকই, নেমলুকপদগী অঙম অথৌ ওইবা ফংই, অঙম অথৌ ওইবদগী লন ফংই, লন লৈরবদি ধর্ম্ম তানবা ঙমই, ধর্ম্ম লৈরবদি নুংঙাইরে।১৮

মহৈনা মীওইবগী অথোইবা মশক্নি, মহৈনা অথুপ্পা অরোনবা লননি, মহৈনা ভোগ তৌহল্লি, মীংচৎ লৈহল্লি, মহৈ হায়বসি গুরুশিংগীসু গুরুনি। লংথৈ চৎলবদা মহৈনা মরিমতা শাগে নাতেনি, মহৈনা অথোইবা লইনি; নিংথৌশিংনসু মহৈবু পূজা তৌই (লুনা তৌই), মরম অসিনা অথোইবা লননি, মহৈ হৈতবা মীদি শানি।১৯

মহৈনা ইমাগুম্না ঙাকপী, ইপাগুম্না কান্নবদা থৌদাবী, মুপী-গুম্না অরাবা কোকহন্দুনা নুংঙাইহল্লি। মহৈনা মাইকৈ পূম্নমক্তা মীংচৎপু শন্দোকই, লনবুসু থোকহল্লি; কল্পবৃক্ষগুম্না মহৈনা করি করিবু পাংথোকতবগে ? ২০

মাতরং পিতরং পুত্রং ভ্রাতরং বা সুহৃত্তমম্ ।
লোভাবিষ্টঃ নরো হন্তি স্বামিনং বা সহোদরম্ ॥ ২১ ॥

লোভাৎ ক্রোধঃ প্রভবতি ক্রোধাদ্দ্রোহঃ প্রবর্ত্ততে ।
দ্রোহেণ নরকং যাতি শাস্ত্রজ্ঞোঽপি বিচক্ষণঃ ॥২২॥

তস্করস্য কুতো ধর্ম্মো দুর্জ্জনস্য কুতঃ ক্ষমা ।
বেশ্যানাঞ্চ কুতঃ স্নেহঃ কুতঃ সত্যঞ্চ কামিনাম্ ॥২৩॥

মৌর্খ্যং লঘুতাহেতুঃ মৌন মুন্নতিকারণম্ ।
মুখরং নূপুরং পাদে কণ্ঠে হারো বিরাজতে ॥২৪॥

---

অপাম্বনা খুদুম চম্নবা মীনা মমাবু মপাবু মচাবু পোকমিম্নবা মচিন-মনাওবু মরুপ্প অমদি মপু (মবুংঙো) বু হাৎলি ।২১

অপাম্বদগী অশাওবা পোকই, অশাওবদগী য়েংথিনবা ওইরকই; য়েংথিনরবদি লাইরিক হৈবা পণ্ডিতসু নরক তাই ২২

হুরানবগী ধর্ম্মনা কদাইগী ওইবা (ধর্ম্ম লৈতে), ফত্তবা মীগী ঙাকপীবা লৈতে, বেশ্যাশিংগী মুংশিবা লৈতে অমসুং কে-মোবা পাম্বা মীশিংগী অচুম্বা লৈতে ২৩

ৱা য়াম্না ঙাংবদি অপীকপগী হিরমনি, তুমিম্না লৈবনা চাউখৎপগী মরমনি। মখোল থোকপদগী নূপুরবু খোংদা শি, অদুগা মণি পরেংনা (মখোল থোক্তবা, তুমিম্না লৈবদগী) ভকশমদা ঙাম্থোইরি ।২৪

সংহতিঃ শ্রেয়সী পুংসাং স্বকুলৈ রল্পকৈ রপি।
তুষেণাপি পরিত্যক্তা নাপ্ররোহন্তি তণ্ডুলাঃ ॥২৫॥

ক্রোধাদ্দুর্য্যোধনো নষ্টঃ ক্রোধান্নষ্টো হি রাবণঃ।
শিশুপাল স্তথা ক্রোধাদ্ বিনষ্টৌ মধুকৈটভঃ ॥২৬॥

অবংশ পতিতো রাজা মূর্খস্য পুত্রঃ পণ্ডিতঃ।
অধনেন ধনং প্রাপ্য তৃণবদ্ মন্যতে জগৎ ॥২৭॥

গুণাঃ সর্ব্বত্র পূজ্যন্তে পিতৃবংশো নিরর্থকঃ।
বসুদেবং পরিত্যজ্য বাসুদেব মুপাস্যতে ॥২৮॥

---

পীক্লবসু মশাগী শাগৈতগা তিন্নবতনা নিপা ওইবশিংগী য়াইকবনি। রাই য়াওদ্রবা চেং অদু ময়োল চোংবা ঙমদ্রে।২৫

শাওবদগী দুর্য্যোধন মাংখি, শাওবদগী মাংখিবনি রাবণ। মতৌ অমুম্না শাওবদগী শিশুপাল মাংখি, মধুকৈটভসু শাওবদগী মাংখিবনি ২৬

শাগৈ নাইদব' (হন্থবা শাগৈদা পোকপা) লৈখা তারবা মীনা নিংথৌ ওইবা, মূর্খগী মচানা পণ্ডিত ওইবা, অমসুং লাইরবনা লন ফংবা — জগৎ অসি নাপীগুম্না থাল্লি।২৭

মফম পুম্নমক্তা গুণবু পূজা তৌই, পিতৃবংশদি (শাগৈদি) অরেম্বনি, [শাগৈ অদু অফবা ওইরবসু ফত্তবা ওইরবসু মতুগী কান্নবা করিসু লৈতে]। বাসুদেববু থাদোক্লগা বাসুদেব নিংনরি ২৮

বরং হি নরকে বাসঃ নতু দুশ্চরিত্রে গৃহে।
নরকাৎ ক্ষীয়তে পাপং কুগৃহান্ন নিবর্ত্ততে ॥২৯॥

সদ্ভাবেন হি তুষ্যন্তি দেবাঃ সৎপুরুষা দ্বিজাঃ।
ইতরে খাদ্য-পানেন মানদানেন পণ্ডিতাঃ ॥৩০॥

বিপ্রাণাং ভূষণং বিদ্যা পৃথিব্যা ভূষণং নৃপঃ।
নভসো ভূষণং চন্দ্রঃ শীলং সর্ব্বস্য ভূষণম্ ॥৩১॥

তস্করস্য বধো দণ্ডঃ কুমিত্রস্যাল্পভাষণম্।
পৃথক্ শয্যা তু নারীণাং ব্রাহ্মণস্যা নিমন্ত্রণম্ ॥৩২॥

---

নরক-তা লৈবনা হেন্না ফৈ, ফত্তবা য়ুমদা লৈবদি ফত্তে। নরক ত লৈবদি পাপ হন্থরকই (কোন্নকই), ফত্তবা য়ুমদা লৈবদি পাপ কোক্তে ২৯

লাই অমসুং অফবা মীশিংনা অশেংবা রাথল অদু উবদা পেংবি পণ্ডিতশিংনা সম্মান ফংলগা পেল্লি; অদুগা অতোপ্পা মীশিংদি চাবা থকপা ফংলগা পেল্লি ৩০

ব্রাহ্মণশিংগী লৈতেংনা বিদ্যা-নি, পৃথিবীগী লৈতেংনা নিংথৌনি। অতিয়াগী লৈতেংনা থানি; অদুগা লিচৎনা পূম্নমক্কী লৈতেংনি ৩১

হুবানবগীদি হাৎপনা দণ্ডনি, ফত্তবা মরুপকীনা রা য়াম্না ঙাংলদবনা দণ্ডনি। নুপীশিংগী দণ্ডদি ফমুং তোঙানবনা ওই অমসুং ব্রাহ্মণগী দণ্ডদি বার্ত্তন তৌদবনি ৩২

ন কশ্চিৎ কস্যচিন্মিত্রং ন কশ্চিৎ কস্যচিদ্রিপুঃ।
কারণাদেব জায়ন্তে মিত্রাণি রিপবস্তথা ॥৩৩॥

বিষং গোষ্ঠী দরিদ্রস্য বৃদ্ধস্য তরুণী বিষম্
বিষং কুশিক্ষিতা বিদ্যা অজীর্ণে ভোজনং বিষম্ ॥৩৪॥

কূপোদকং বটচ্ছায়া নারীণাঞ্চ পয়োধরঃ।
শীতকালে ভবেদুষ্ণ মুষ্ণকালে চ শীতলা ॥৩৫॥

বৈরিণা সহ সন্ধায় বিশ্বস্তা যদি তিষ্ঠতি।
স বৃক্ষাগ্রে প্রসুপ্তো হি পতিতঃ প্রতিবুধ্যতে ॥৩৬॥

---

কনানা কনাগী মরুপ নত্তে. কনানা কনাগী য়েক্লবস্থ নত্তে। মরুপ অ.সুং য়েক্লবা হায়বসি থবক্কী মতুংইন্না ওইরকপা মক্তনি ।৩৩

লাইরবগী য়ুমদা তিনবা সভা হুনি, অহল ওইবা নিপাগী নহা ওইবী মুপী হুনি। নিংথিজনা (চংথোন্না) তুমদবা মহৈ হুনি, চাবা তুমদ্রবদি চাখিত্রবা অদু হুনি ।৩৪

কুহ গী ঈশিং, থোংনাংবগী মরুপ, মুপীশিংগী স্তন (মপুং মরৈ ফারবা থবাক) মথোই অসি নিংথমথাদা শাই, ওলাংথাদা ইংঙি ।৩৫

য়েক্লবগা তিন্নরগা থাজনা লৈথোকলিবা মহাক অদুদি উতোন্দা তুম্মবনি, উথক অদুদগী তারক্লগা মীকপ থোকনি ।৩৬

বহূনা মল্লসারাণাং সমবায়ো হি দারুণঃ।
তৃনৈ রাবেষ্টিতা রজ্জু স্তয়া নাগোঽপি বধ্যতে ॥৩৭॥

দূরস্থোঽপি সমীপস্থঃ যো যস্য হৃদয়ে স্থিত:।
হৃদয়াদপি নিষ্ক্রান্তঃ সমীপস্থে ঽপি দূরত: ॥৩৮॥

দুর্জ্জনস্য হি সঙ্গেন সুজনোঽপি বিনশ্য'তি।
প্রসন্নমপি পানীয়ং কর্দ্দমৈঃ কলুষীকৃতম্ ॥৩৯॥

ত্যজন্তি মিত্রানি ধনৈ র্বিহীনং পুত্রাশ্চ দারাশ্চ সুহৃজ্জনাশ্চ!
তে চার্থবন্তং পুন রাশ্রয়ন্তি হ্যর্থো হি লোকে পুরুষস্য বন্ধু: ৪০॥

---

অশোনবা পোং ময়াম অদুসু পুনশিল্লবদি অকনবা ওই। নাপী ময়ান্না তাশিন্দ্না শারবা থৌরী অদুনা শামু কাওবা পুল্লি।৩৭

থম্মোইদা লৈরিবা মহাক অদুদি অরাপ্পদা লৈরবসু মনাক্তা লৈবনি। থম্মোইদগী লাপথোকখ্রবা অদুদি মনাক্তা লৈরবসু অরাপ্পদা লৈরে।৩৮

অফবা মীসু ফত্তবগা তিন্নরবদি অমাংবা ওই। লৃরবা ঈশিং অদু লৈখোমগা তিন্নরবদি মোৎলি, অমাংবা ওইরে ৩৯

শেল লৈত্রবা মী অদুবু মরুপশিংনসু মচা অমদি মুপীশিংনসু, মরি-মতাশিংনসু থাদোকই। মখোইশিং অদু শেল লৈরকলবা মী অদুদা অমুকহন্না চংলকই, সংসার অসিদা লন-তনা নিপা ওইবগী মরুপনি। ৪০

ন প্রদানৈঃ ক্ষয়ং যান্তি নোপভোগেন সম্পদঃ।
কৃপণস্য ধনং যাতি নৃপাগ্নিচৌরশত্রুষু ॥৪১॥

গুণবন্তমাশ্রিত্য নির্গুণোঽপি গুণী ভবতি।
ক্ষীরাশ্রিত মুদকং ক্ষীরমেব ভবতি ॥৪২॥ *

দারিদ্র্যান্মরনাদ্বাপি মরণং সমরোচতে ন দারিদ্র্যম্।
অল্পক্লেশেন মরণং দারিদ্র্য মতিদুঃসহম্ ॥৪৩॥ *

কুলং বৃত্তঞ্চ শৌর্য্যঞ্চ সর্ব্বমেতন্ন গণ্যতে।
দুর্বৃত্তেঽপ্য কুলীনেঽপি জনো দাতরি রজ্যতে ॥৪৪॥

---

শেল থুম লন হায়বসি দান তৌবনস্ত ময়েং তাবা নত্তে, চাব'-থকপা শিজিন্নবস্ত ময়েং তাবা নত্তে। অরিক্রপা মীগী লন্দি নিংপৌ, মৈ, হুরানবা অমস্তুং য়েক্লবশিংগী মক্কমদা চৎলি।৪১

মগুণ লৈতবা মীস্ত গুণ লৈবগা তিন্নরুরগা গুণ চেনবা ওই। শঙ্গোমগা তিন্নরুরবা ঈশিং অদু শঙ্গোম অদুম ওইরে ৪২

লাইরব' অমস্তুং অশিবা অনিসিদগী শিরন' তেন্না পামই, লাইবব' ওইনা লৈবদি পামদে। শিবদি থজিক্তা রাবনি তৌই-গুম্বস্তুং লাইরবদি য়াম্না (থাংবা ওমদবমখৈ) রাই।৪৩

শাগৈ, লিচৎ, কনথৌবা পুন্নমক অসি শিংথানদে। লিচৎ ফত্রবস্ত শাগৈ ফত্রবস্ত দান তৌগনবা মী অদুবু মীনা লুনা তৌই, হুংশি।৪৪

বুদ্ধিশ্চ হীয়তে পুংসাং নীচৈঃ সহ সমাগমাৎ।
মধ্যমে মধ্যতাং যাতি শ্রেষ্ঠতাংযাতি বিত্তমে ॥৪৫॥

অসতাং সঙ্গদোষেণ সন্তো যান্তি চ বিক্রিয়াম্।
দুর্য্যোধনপ্রসঙ্গেন ভীষ্মো গোহরণে রত: ॥৪৬॥

---

নিপা ওইবশিংগী বুদ্ধি (পৌশিং) না অতোনবা হন্নবশিংগা তিন্নবগা হন্থে। ময়াই ওইবশিংগা তিন্নরগা ময়াই ওইনা লৈ (হনন্ন হন্নদে, হেনন্ন হেঙ্গংতে), অথোইবা অহেনবশিংগা তিন্নরগা হেঙ্গৎলকই ৪৫

সাধুশিংন্ন ফত্তবশিংগা তিন্নবগী দোষনা ফত্তবা (অরানবা) থবক তৌই। দুর্য্যোধনগা তিন্নরুবদগী ভীষ্ম পিতামহনা শন হুবা য়াওখি। ৪৬

## ইন্দ্রিয়দমননির্দ্দেশঃ

বিনা বিপত্তে র্মহিমা পুংসাংনৈব ভবেৎ সুত
সুখ-দুঃখঞ্চ সর্ব্বেষাং ক্রমেণ প্রভবেদিতি ।।১।।

সুখং দুঃখং ভয়ং শোকঃ কলহঃ প্রাপ্তি রেবচ ।
কর্ম্ম ভোগার্হ কালেন সর্ব্বং ভবতি নারদ ।২।।

আব্রহ্মস্তম্ভ পর্য্যন্তং ভ্রমং সব্বর্বং নিশাময় ।
বিদ্যুদ্দীপ্তি র্জলে রেখা যথা তোয়স্য বুদ্বুদঃ ৩।।

---

## ইন্দ্রিয় লাকশিন্নবা তাকপা

হে ইবুংঙো! অরাবা য়াওদনদি নিপা শিংগী চাওখৎপা ওইদে। নুংঙাইবা অরাবা হায়বসি পুম্নমক্কী মকমদা মথং-মনাও নাইনা ওইগদবনি।১

হে নারদ, কর্ম্মগী মতুংইন্না কংকম থোকপা মতম অদু ওইরকপগা নুংঙাইবা, অরা অনা, অকীবা, খৎনবা, ওইজবা ফংবা পুম্নমক ওই।২

ব্রহ্মাদগী খুম্বী ফাওবা পুম্নমক অসি লেপ্তুবনি (ভ্রমনি) হায়না খংউ। সংসার অসি নোংথাংগী মঙাল, ঈশিংদা লৈবা রেখা অমসুং ঈশিংগী কোঙ্গোনগুম্বনি।৩

কা কস্য পত্নী কঃ কান্তঃ কস্য বা ভুবনত্রয়ে।
মূর্খস্য বঞ্চনং কর্ত্তুং করোতি মায়য়া হরিঃ ॥৪॥

সম্পদং স্বপ্নসঙ্কাশং যৌবনং কুসুমোপমম্।
তড়িচ্চপল মায়ুশ্চ কস্য স্যাজ্জানতো ধৃতিঃ ॥৫॥

পৃথিবী দহ্যতে যেন মেরুশ্চাপিবিশীর্য্যতে।
শুষ্যতে সাগরজলং শরীরস্যাপি কা কথা ॥৬॥

লোহৈ দারুময়ৈঃ পাশৈঃ দৃঢ়বদ্ধো বিমুচ্যতে।
স্ত্রী-ধনাদিষু সংসক্তো মুচ্যতে ন কদাচন ॥৭॥

---

মরোল অহুমসিদা কনানা কনাগী মুপীনো, কনানা কনাগী চান্নবা নিপানো ; হরিনা অপংবশিংবু নমহংনবগীদমক মায়া তৌদুনা লেম্বনি ।৪

শেল-থুমসু মংগ মাইনৈ। মথোক কারকপসু লৈগা মাইনৈ, পুন্সিসু নোংথাংগুম্না লেপ্তুবনি, মসি খংবা কনানা তপথগদৌরিবনো ? ৫

পৃথিবীসু মৈনা চাকই, শনজীংসু কায়বা নাই ( মাংই )। সমুদ্রগী ঈশিংসু কংই, হকচাংগী বাদি করি অমুক হায়গনি ।৬

কল্লবা য়োংকী থোরীনা পুনবদগীদি নাম্থোকপা ঙমই। মুপী অমসুং লননচিংবদা পুক্নিং চংখ্রবা মী অদুদি করিগুম্বদসু নানথোকপা ঙমদ্রে ।৭

প্রভবং সর্ব্বদুঃখানা মাশ্রয়ং সকলাপদাম্।
আলয়ং সর্ব্বপাপানাং সংসারং পরিবর্জয়েৎ ॥৮॥

একবৃক্ষে সদা রাত্রৌ নানাপক্ষিসমাগমঃ।
প্রভাতেঽন্যদিশো যান্তি কা তত্র পরিবেদনা ॥৯॥

নাপ্রাপ্তকালো ম্রিয়তে বিদ্ধঃ শরশতৈ রপি।
কুশাগ্রেণ তু সংস্পৃষ্টঃ প্রাপ্তকালো ন জীবতি ॥১০॥

দুর্গা স্ত্রিকূটঃ পরিখা সমুদ্রো রক্ষাংসি যোধাঃ পরমা চ বৃত্তিঃ।
শাস্ত্রঞ্চ বৈ তূশনসা প্রদিষ্টং স রাবণঃ কালবশাদ্ বিনষ্টঃ ॥১১॥

---

অরাবা পুন্নমক্কী পো'রকম, খুদোংখিবা পুন্নমক্কী তু'নকম অমদি পাপ পুন্নংক্কী লৈফম ওইরিবা সংসার অসি থাদোক্কদবনি ।৮

মতম পুন্নমক্তা অহিং ওইরকপগা উপাস্বী অমদা উচেক মথল মথল লাক্কুনা লৈমিন্নরৈ। অদুবু অয়ুক ওইরকপগা (নোংঙাল্লকপগা) উচেকশিং অদু তোঙান তোঙানবা মাইকৈদা পাইনখি, মসিদা করি ৱানিংঙাই লৈ ।৯

তেন চামনা থাদুনসু শিয়ু হায়বা মতম অদু ওইদ্রিবৈদদি কনাসু শিদে। শিবা মতমবু ওইরক্লবদি কুশমতোনতনা শোকপদা হিংবা ঙমদে ।১০

লানবন্না ত্রিকূট চীংজাওনি, থাঙ্গপাৎনা সমুদ্রনি, হিংচাবশিংনা ল্যান্মীনি, চিঙ্গাকসু (হিংনবা লম্বীসু) অথোইবনি, শাস্ত্রসু শুক্রাচার্য্যনা তাক্পীবনি, গুণ পুন্নমক অসিনা তিন্নবা রাবণ অদু মতমগী মথা পোনবদগী মাংখি ।১১

যত্র মৃত্যু র্তত্র হন্তা যত্র শ্রী র্তত্র সম্পদঃ।
তত্র তত্র স্বয়ং যাতি প্রের্য্যমানঃ স্বকর্ম্মভিঃ ॥১২॥

দাতা বলি র্যাচকো মুরারিঃ দানং মহী বিপ্রমুখস্য মধ্যে।
দত্ত্বা ফলং বন্ধনমেব লব্ধং নমোঽস্তু তে দৈব যথেষ্টকারিণে ॥১৩॥

পুরাধীতা চ যা বিদ্যা পুরা দত্তঞ্চ যদ্ধনম্।
পুরা কৃতানি কর্ম্মাণি হ্যগ্রে ধাবন্তি ধাবতঃ ॥১৪॥

এতে তে চন্দ্রতুল্যাঃ ক্ষিতিপতিতনয়া ভীমসেনার্জ্জুনাদ্যাঃ শূরাঃ
সত্যপ্রতিজ্ঞা দিনকর বপুষঃ কেশবেনোপগূঢ়াঃ।
তে বৈ দুষ্টগ্রহস্থাঃ কৃপণবশগতা ভৈক্ষচর্য্যাং প্রয়াতাঃ
কো বা কস্মিন্ সমর্থো ভবতি বিধিবশাদ্ ভ্রাময়েৎ কর্ম্মরেখা ॥১৫॥

---

মৃত্যু লৈবা মফমদা ঘাতক ( অহাৎপা মী ) লৈ, লক্ষ্মী লৈবা মফমদা সম্পৎস্ম লৈ। পূম্নমক অসি মশাগী কর্ম্মনা ইনশিল্লক্লগা মফম মফম অদুদা মথন্তু হেক্তা য়েঁজরকপনি।১২

দান তৌরিবনা বলি মহারাজনি, নিয়রিবনা শ্রীকৃষ্ণনি, অথোইবা ব্রাহ্মণগী মাংদা কৎলিবনা পৃথিবীনি। দান অসি তৌরুরগা ফংলকপা মহৈনা পুনবনি, হে নোংদম্বা! মনিংনথা তমইবা নহাকপু খুরুমজৈ।১৩

মমাংদৈদা তমথ্রবা বিদ্যা, মমাংদৈদা পীথিবা লন অমসুং মমাংদৈদা তৌথিবা থবকশিংনা চেল্লিবা ( সংসারদা থবক তৌরিবা ) মীগী মাং থানা চেল্লি।১৪

ভীমসেন অর্জ্জুননচিংবা মথোই অসি নিংথৌগী মচানি, থাগা মান্নবনি, অথোবমক্তনি, নুমিৎকুম্না লংবনি, মশাস্ম ময়াশকচেৎপনি, কৃষ্ণনস্ম কোনবিরিবনি। অদুম ওইনমক ফত্তবা গ্রহগী মথা পোন্দুনা অতোনবা মী ওইনা ভিক্ষা চৎখি; কনানা করিবু ঙম্বগে, নোংদম্বগী মথা পোন্না থবক পূম্নমক ওইরিবনি।১৫

প্রাপ্তব্যমর্থং লভতে মনুষ্যঃ দেবোঽপি তং বারয়িতুং ন শক্তঃ।
অতো ন শোচামি ন বিস্ময়ঃ মে ললাটরেখা ন পুনঃ প্রয়াতি ॥১৬॥

কর্ম্মাণ্যত্র প্রধানানি সম্যগৃক্ষে শুভগ্রহে।
বশিষ্ঠকৃতলগ্নাপি জানকী দুঃখভাজনম্ ॥১৭॥

বালো যুবা চ বৃদ্ধশ্চ যঃ করোতি শুভাশুভম্
তস্যাং তস্যা মবস্থায়াং তুঙ্ক্তে জন্মনি জন্মনি ॥ ১৮ ॥

অস্থিরং জীবিতং লোকে অস্থিরং ধনযৌবনম্।
অস্থিরং পুত্রদারাদ্যং ধর্ম্মঃ কীর্ত্তি র্যশঃ স্থিরম্ ॥১৯॥

---

ফংফম্ন থোকপা লন অদুদি মীওইবনা শোইদনা ফংই, লাই-মক্ন মত্নবু য়ৈথাইবা ওমদে। মন্নম অদুদগী ঐনা ব়াদে, ওক্লিংঙাইস্ন ওইদে; ঐগী লাইবক্তা ইথ্রবা অদু অমুক হন্না মাংদ্রে।১৬

সংসার অসিদা কর্ম্মনা মরুনি, অফবা নক্ষত্রদা, অফবা গ্রহদা বশিষ্ঠনা পুরোহিত ওইদুনা লুহোংবিখ্রবী সীতানা অৱাবগী শরুক্তা ওইখি ১৭

অঙাং ওইরিঙৈদা নত্রগা পাখং ফারকপদা নত্রগা অহল ওইরবা মতমদা তৌখিবা অফ ফত্তা থবকশিং অদু মপোক মপোক খুদিংদা নহানমুক্তা তৌখিবা চহি মতাং অদুদা শোইদনা ফংই।১৮

সংসার অসিদা পুন্সিম্ন লেপ্তবনি, লনস্নু লেপ্তবনি, মথোক কান্নকপস্ন লেপ্তবনি, মচা অমস্নুং মুপীনচিংবস্ন লেপ্তবনি, অরেপ্পাদি ধর্ম্ম অমস্নুং মীংচত্তনি।১৯

বৃক্ষং ক্ষীণফলং ত্যজন্তি বিহগাঃ, শুষ্কং সরঃ সারসাঃ
নির্দ্রব্যং পুরুষং ত্যজন্তি গণিকাঃ, ভ্রষ্টং নৃপং মন্ত্রিণঃ।
পুষ্পং পর্য্যুষিতং ত্যজন্তি মধুপা, দগ্ধং বনান্তং মৃগাঃ
সর্ব্বঃ কার্য্যবশাজ্জনো হি রমতে, কস্যাস্তি কো বল্লভঃ ॥২০॥

যদুপতেঃ ক্ব গতা মথুরা পুরী রঘুপতেঃ ক্ব গতোত্তরকোশলা।
ইতি বিচিন্ত্য কুরু স্বমনঃ স্থিরং ন সদিদং জগদিত্যবধারয় ॥২১॥

সুখস্যানন্তরং দুঃখং দুঃখস্যানন্তরং সুখম্।
সুখং দুঃখং মনুষ্যাণাং চক্রবৎপরিবর্ত্ততে ॥ ২২ ॥

---

মহৈ য়ান্দ্রবা উবু উচেকশিংনা থাদোকই, ঈশিং লৈত্রবা পুখ্রীবু রাইমুশিংনা থাদোকই, লাইরবা নিপাবু বেশ্যা ওইবীশিংনা থাদোকই, মফম তাররবা নিংথৌবু মন্ত্রীশিংনা থাদোকই। লৈমন চল্লবা লৈবু খোইমুশিংনা থাদোকই, লৈমৈ চাকখ্রবা বনগী মচি অদুবু শজিশিংনা থাদোকই; মী পুম্নমক অসি থবক্কী মতুংইন্না (মথা পোন্দুনা) নুংশিনবমক্তনি ঃ কনানা কনাগী চাম্নবনো? ২০

শ্রীকৃষ্ণগী মথুরা পুরীনা কদাইদা চৎখ্রবা অমসুং শ্রীরামচন্দ্রগী অযোধ্যা পুরীন কদাইদা চৎখ্রবা? মসি খন্দুনা নশাগী পুক্নিং অদু লাকশিল্লু ঃ জগৎ অসি লেপ্তবনি (অমাংবনি) হায়না খল্লু।২১।

নুংঙাইবগী মতুংদা অরাবা ওই, অরাবগী মতুংদা নুংঙাইবা ওই। মীওইবগী অরা নুংঙাইবা হায়বসি চক্র (কাংখোং) অদুগুম্বা লৈনা লৈনা চৎলি।২২

মাতুলো মাধবো যস্য পিতা যস্য ধনঞ্জয়ঃ।
স শেতে সমরে শ্রীমানভিমন্যু র্মহাবলঃ ॥২৩॥

শরীরস্য গুণানাঞ্চ দূরমত্যন্ত মন্তরম্।
শরীরং ক্ষণবিধ্বংসি কল্পান্তস্থায়িনো গুণাঃ ॥২৪॥

নাকালে ম্রিয়তে কশ্চিৎ নাস্তি মৃত্যুরকালজঃ।
যে যস্মিন্ ম্রিয়তে কালে মৃত্যুকালঃ স তস্য হি ॥২৫॥

অর্থানামর্জ্জনে দুঃখ মর্জ্জিতানাঞ্চ রক্ষণে।
নাশে দুঃখং ব্যয়ে দুঃখং ধিগর্থং দুঃখভাজনম্ ॥২৬।

---

মগাক্কী মামনা শ্রীকৃষ্ণনি, মপানা অর্জ্জুননি ; অদুগুম্বা মপাঙ্গল কল্লবা শ্রীমান্ অভিমন্যুনা লানফমদা হিপ্লরে ।২৩

হকচাংগা গুণগা য়াম্না থেম্নে। হকচাং হায়বসিনি মীকুপ্পা মাংবনি, অদুগা গুণশিংদি কল্পগী মমৈ ফাওবা লেংদনা লৈ; মাংবা নাইদে ।২৪

কনাম্বু মতম চাদনা (মগী মতম নত্তবদা) শীদে। মরমদি—অশিবা হায়বসি মতম চাদনা (মশাগী মতম ওইদনা) লাক্তে ; মতম অদুদা মহাক শিরিবদু 'শিয়্' হায়বা মতম অদু ওইরদুনা মৃত্যুকাল থুংউরিবনি ২৫

লন তানবদসু রাই, তাল্লুরবা লন অদু ঙাকপদসু রাই; লন মাংঙে রাই, চাদিং তৌগরে রাই ; অরাবগী তুংনফম ওইরবা লন হায়বসি কান্নদবনি ।২৬

কৃতস্য করণং নাস্তি মৃতস্য মরণং তথা।
গতস্য শোচনা নাস্তি ইতি বেদবিদাং মতম্ ॥২৭॥

সুখস্য দুঃখস্য ন কোঽপি দাতা।
পরো দদাতীতি কুবুদ্ধিরেষা ॥২৮॥ *

বিনির্মিতঃ কেন ন দৃষ্টপূর্ব্বঃ হেম্নঃ কুরঙ্গো নচ কুত্র বার্ত্তা।
তথাপি তৃষ্ণা রঘুনন্দনস্য বিনাশকালে বিপরীত বুদ্ধিঃ ॥২৯॥

পরস্বভাবকর্ম্মাণি নপ্রশংসেন্ন গর্হয়েৎ।
বিশ্বমেকাত্মকং পশ্যন্ প্রকৃত্যা পুরুষেণ চ ॥৩০॥

---

তৌখ্রবা থবক্কী অমুক তৌবা লৈতে, অহুগুম্না শিখ্রবগী অমুক হন্না শিদে। হৌখ্রবা (লোইখ্রবা) থবক্কী অমুক ৱাবা হৌনদে, মসি বেদ খংবা পণ্ডিতশিংগী মতনি।২৭

অৱাবা নুংঙাইবা হায়বসি কনানসু পীবা নত্তে। অতোপ্পা মীনা পীবনি হায়না খনবসি ফত্তবা (চুমদবা) ৱাখলনি। ২৮

সনাগী শজিবু মমাংদৈদা কনানসু উথিদ্রি, মক্কম কদায়দা মসিগী মৱিদা ঙাংনা শানবা য়াওখিদ্রি। অদুম ওইনমক সনাগী শজিদা শ্রীরামগী থৌৱাংবা পোকউরে, মাংঙমদাই মতমদা বুদ্ধি হায়ব...



18548
LIBRARY

প্রকৃতি পুরুষগী ...না সংসার অসিবু খেন্নদনা উৱবা মীনা ...তোপ্পগী লিচং অমদি থ...পু থাগৎফদে যিনসু হান্নফদে।৩০

---

...হৈরবা।

# নীতিপ্রভা

## শ্লোকানামুদ্ধরণস্থানম্ ”

## [ শ্লোকশিংগী লোথোকরকফম্ ]

| পুস্তক-নাম | লক্ষণ | সদসন্ | ধর্ম্ম | কৃতা'কৃত্য | প্রচলিত | ইন্দ্রিয়দমন |
|---|---|---|---|---|---|---|
| অধ্যাত্মরামায়ণ | × | × | × | × | × | ২৮ |
| উদ্বাহতত্ত্ব | ২৪ | × | × | × | × | × |
| কামন্দকনীতি | × | × | × | ১৫, ১৬ | ৪৮ | × |
| কিরাতার্জ্জুন | × | × | × | ৪৭ | × | ২৯ |
| কুলদীপিকা | ২৯ | × | × | × | × | × |
| গরুড়পুরাণ | ১৬-২১ | ১-১২ | ১-৩ | ১৭-২৯ | ২৯-৪০ | ৯-২০, ২২ |
| চাণক্য | ১১-১৪ | ১৭,১৯ | ১৪ | ৩৬-৪১ | ৪১,৪২ | × |
| জ্ঞানভাষ্য | × | × | ১২ | × | × | ৫-৮ |
| তত্ত্বমালা | ২-১০ | ১৩-১৬,১৮ | ৪-৭ | ১-১৩ | ১-২৮ | ২১, ২৩-২৭ |
| দীক্ষাতত্ত্ব | ১ | × | × | × | × | × |

[ শ্লোকাংশী লোধোকরকফম ]

| পুস্তক-নাম | লক্ষণ | সদসৎ | ধর্ম্ম | কৃতাকৃত্য | প্রচলিত | ইন্দ্রিয়দমন |
|---|---|---|---|---|---|---|
| দৃষ্টান্তশতক | × | ২০ | × | × | × | × |
| পদ্মপুরাণ | ১৫ | × | × | × | × | × |
| ব্রহ্মবৈবর্ত্তপুরাণ | × | × | ১৫-২১ | × | × | ১-৪ |
| ভট্টীকাব্য | ২৬ | × | × | × | × | × |
| মণ্ডুকশ্রুতি | × | × | × | ৪৪ | × | × |
| মনুস্মৃতি | ২২, ২৩ | × | ৯-১১ | ৩০ ৩৪ | × | × |
| মহাভারত | × | ২১ | × | ১৪ | ৪৫,৪৬ | × |
| মৎস্যপুরাণ | × | × | × | ৪৬ | × | × |
| মৃচ্ছকটিক | × | × | × | × | ৪৩ | × |
| যাজ্ঞবল্ক্য | × | × | ১৩ | × | × | × |
| লিঙ্গপুরাণ | × | × | × | ৪৫ | × | × |
| বশিষ্ঠ | ২৮ | × | × | × | × | × |
| বিদুরনীতি | × | × | ২২ | ৪২,৪৩ | × | × |
| বৃহদ্ধর্ম্মপুরাণ | ২৫ | × | ৮ | × | × | × |
| বৃহস্পতি | × | × | ২৩, ২৪ | × | × | × |
| শিবসংহিতা | × | × | × | ৫৫ | × | × |
| শুদ্ধিতত্ত্ব | ২৭ | × | × | × | × | × |
| শ্রীমদ্ভাগবত | × | × | × | × | × | ৩০ |

# নীতিপ্রভা

## শুদ্ধিপত্রম্

| পৃষ্ঠা | পঙ্ক্তিঃ | অশুদ্ধঃ | শুদ্ধঃ |
|---|---|---|---|
| ৩ | ৬ | ত্যা ী | ত্যাগী |
| ৬ | ৭ | কন্য | কন্যা |
| ৬ | ৯ | কত্তবা | ত্তমথিবা |
| ৯ | ৩ | শ্চ ন্তি | শ্চরন্তি |
| ৯ | ৪ | দুর্জ ঃ | দুর্জনঃ |
| ৯ | ১২ | খাদোক্ক । নি | খাদোক্কদর্বনি |
| ৯ | ১২ | নৈলতে লবা | নৈলতেংলবা |
| ১০ | ২ | যচকে | যাচকে |
| ১১ | ৪ | ভেগকরিঃ | ভোগকরিঃ |
| ১২ | ১৭ | চত্র । | চত্রবা |
| ১৩ | ৯ | নৈ দুনা | নৈনদুনা |
| ১৩ | ১৮ | শকলকপদা | লক্তোকলকপদা |
| ১৪ | ৮ | থম্মে ইদদি | থম্মোইদদি |
| ১৫ | ২ | সভ | সভা |
| ১৭ | ১ | প্রনূ যতে | প্রসূয়তে |
| ১৭ | ২ | প্রনয়ং | প্রলয়ং |
| ১৭ | ২ | য ন্তি | যান্তি |
| ১৭ | ২ | ধ র্ম্মা | ধর্ম্মো |
| ১৭ | ২ | ধ র্ম্মিকম্ | ধার্ম্মিকম্ |
| ১৭ | ৩ | মু সৃজা | মুৎসৃজ্য |
| ১৭ | ৩ | লে ত্রৈমং | লোত্রৈসমং |
| ১৭ | ৭ | ব্রহ্মণক্রুবে | ব্রাহ্মণক্রুবে |

| পৃষ্ঠা | পঙ্‌ক্তিঃ | অশুদ্ধঃ | শুদ্ধঃ |
|---|---|---|---|
| ১৭ | ৮ | প্র ধীতে | প্রাধীতে |
| ১৭ | ৮ | মনস্তঃ | মনস্তুং |
| ১৭ | ১৯ | চ ংদা | চাংদা |
| ১৭ | ১৯ | ক ই | কংই |
| ১৮ | ৭ | ভক্ষ ঞ্চ | ভক্ষ্যঞ্চ |
| ১৯ | ১০ | পুষ্পে দ্যানং | পুষ্পোদ্যানং |
| ২১ | ৬ | কুলস্য র্থে | কুলস্যার্থে |
| ২১ | ৬ | গ্রামস্য র্থে | গ্রামস্যার্থে |
| ২১ | ১০ | অতে নবা | অতোনবা |
| ২৫ | ২ | চ্ছিদ্র | চ্ছিদ্রং |
| ২৫ | ৪ | নজ্জঃ | লজ্জঃ |
| ২৫ | ৮ | স্থ তব্যং | স্থাতব্যং |
| ২৭ | ৭ | বাসীত | স্নাসীত |
| ২৮ | ১০ | বিদ্বিষ্ট | বিদ্বিষ্টং |
| ২৮ | ১৫ | হ লবস্থ | হংলবস্থ |
| ২৯ | ১ | স্বস্র | স্বস্রা |
| ২৯ | ৪ | বিদুধরণম্ | বিন্দুধারণম্ |
| ২৯ | ৫ | মূর্খ ৎ | মূর্খবৎ |
| ৩০ | ৬ | বর্ত্তব্য ঃ | কর্ত্তব্যঃ |
| ৩১ | ৭ | ক র্য্য | কার্য্য |
| ৩১ | ৮ | হি | হি |
| ৩১ | ১৫ | বিদ্য | বিদ্যা |
| ৩২ | ৯ | নীর্তি | নীতি |
| ৩২ | ৯ | ত্রগা | নত্রগা |
| ৩২ | ১৪ | সুকম্ | সুখম্ |

| পৃষ্ঠা | পঙ্‌ক্তি | অশুদ্ধঃ | শুদ্ধঃ |
|---|---|---|---|
| ৩৩ | ১ | শত্রু | শত্রুঃ |
| ৩৩ | ২০ | ৈ৫ | ছলৈ ।৫ |
| ৩৪ | ৮ | পূ ্যা | পূজ্যা |
| ৩৪ | ১৪ | লেবদগীদি | লৈবদগীদি |
| ৩৬ | ৭ | ভ্রতৃভজ্ঞাং | ভ্র তৃভাজ্ঞাং |
| ৩৭ | ৪ | বিথ্য | বিথ্যা |
| ৩৭ | ৯ | ি স্তুং | বিস্তুং |
| ৩৭ | ১১ | হৈর দি | হৈরবদি |
| ৩৭ | ১১ | নে ল্লুকই | নোল্লুকই |
| ৩৭ | ১৭ | ল ইনি | লাইনি |
| ৩৮ | ৪ | শাস্ত্রজ্ঞে হপি | শাস্ত্রজ্ঞোহপি |
| ৩৮ | ৭ | মৌবর্য্যং | মৌর্ধর্য্যং |
| ৩৯ | ১৬ | ক বা | কংবা |
| ৩৯ | ১৯ | বাসুদেববু | বসুদেববু |
| ৪০ | ৭ | কু ত্র | কুমিত্র |
| ৪১ | ৭ | বিশ্বস্তা | বিশ্বস্তো |
| ৪১ | ১৪ | কুহ গী | কুহাগী |
| ৪২ | ৪ | সমীপস্থে | সমীপস্থো |
| ৪৩ | ৪ | ক্ষীবা | ক্ষীরা |
| ৪৩ | ৬ | মবণং | মরণং |
| ৪৩ | ১০ | শিভিন্নবস্থ | শিভিন্নবনস্থ |
| ৪৪ | ৬ | ভিন্নবগা | ভিন্নরগা |
| ৪৫ | ২ | পু সাং | পুংসাং |
| ৪৮ | ১ | র্ভত্র | স্তুত্র |
| ৪৮ | ১ | র্ভত্র | স্তুত্র |

| পৃষ্ঠা | পঙ্‌ক্তি | অশুদ্ধঃ | শুদ্ধঃ |
|---|---|---|---|
| ৪৮ | ৭ | র্জ্জুন ছ্যাঃ | র্জ্জুনাছ্যাঃ |
| ৪৯ | ৬ | তুঙ্‌ক্তে | ভুঙ্‌ক্তে |
| ৫১ | ৪ | বিধ্বসি | বিধ্বংসি |
| ৫১ | ৬ | যে | যো |
| ৫২ | ১৮ | সংসর | সংসার |

